# নৈবগে কদায়দা

রাজেন খুমুকচম



ইমাখোল
(ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জ লুপ)
অবাং পোৎশংবম

লৈশ্রগে কদায়দা

রাজেন খুমুকচমগী পোকরেং ৬৪ গী থোমজিনবা লাইরিক



অফোঙবা : নোংঙানলৈমা খুমুকচম
বৃন্দা হাওস শগোলবন্দ খম্নাম লৈরক,
ইম্ফালনা ইমাখোলগীদমক পুথোকচবা

অহানবা থোঙবা : নবেম্বর, তাং ২১, ২০০৪ ইং

কোপি মশিং : ১০০০ (লিশিং অমা)

মখুম ডিজাইন : প্রেমানন্দ রোয়

কম্প্যুট্টর সেত্তিং : সাপম হেরোজিৎ

মমল : লুপা ৭৫/-

লাইরিক ফংফম : অইবগী য়ুম, শগোলবন্দ খম্নাম লৈবক, ইম্ফাল,
ইমাখোল, অব্রাং পোৎশংবম,
মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

নম্ফম : এম. কুমার ওফসেট প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

# অফোঙবীগী ৱারোল



শৈরেং লাইরিক অসিগী অইবা শ্রীখুমুকচম রাজেন সিংহ । মীরোল তারকপদগী মীংগী অরোইবদা সিংহ হাপচনিংঙ্গ্রবা অদুগা মৈতে অমদি মীতৈগী চয়েংনবা লৈরিবনা মসিমসু তপ্পুনা ইজনিংঙ্গ্রিবা মীশক অমা ওইরি । লুবাং হায়গদবসু মসিনা য়াম্নাক কয়া কোন্সিলমনবদগী পামজবা ওইনা লেপত্রি । খংনবা ওইনা কৌরিবা মীংগী মমৈদা কয়ুমচনো খংনবা হাপচিঙ্গরগা রাজেন খুমুকচম ওইনা খংনবিরো । মসি অইবা মশানা পামজবনি ।

রাজেন খুমুকচম তাং ১/৪/১৯৫৮ ইংগী য়ুমশকৈশ নুমিত্তা শগোলবন্দ খম্নাম লৈরক্তা পোকই । অপোকপগী মীংনা শ্রীখুমুকচম বুদ্ধি সিংহ, অপোকপীগী মীংনা শ্রীমতি অখাম নিংঙোল খুমুকচম ওংবী ভৈগ্যাবতি দেবী কৌই । অপোকপগী মচানুপা তরুক, মচানুপী অহুমগী মরক্তা য়াইমনি । লোইনবীগী মীংনা শ্রীমতি সাপম নিংঙোল খুমুকচম ওংবী ইন্দিরা দেবী কৌই । হৌজিক মচানুপী অমা, নুপা অনিগী অপোকপা ওইরি ।

অইবসি কুচু মুই, মশম খোয়, হেক য়েংবদা কক কক লাওই, ৱা ঙাংগন্দে, ঙাংঙ্গ্রগদি ঙাংই। অদুবু মিংশেনগুম্বনি। য়েংবা হৈত্রগা থকতোরকপা ফৈনা উবা, য়েংবা হৈরবা তিন্নঙ্গ্রগদি মনুং ফাওনা উবা ইচম চমজবা থম্মোয় শেংবা অদুগা কায়ঙ্গ্রগদি মিংশেন মচেৎনিদনা, মচিনতুম্বা য়াম্না থৌবা সমজিনবদ ৱাবা অদুবু ঙাকপী হৈতবদি নত্তে ।

ৱাফম অমনা মন্ত্রি ওইরম্বা ব্রজবিধুনা লমশাংদা লিংখৎচবা এন জি ও, আর ডি ও না সেন্টরগী হিউমেন রির্ছোচ ডিভেলোপমেন্টকা খুৎশম্নরগা সিনবা মনিপুরগী চীংগী লমদা থা অমা চুপ্পা খোঙনা চত্তুনা পাংথোকখিবা ত্রেকিং প্রোগ্রাম ২০-২-১৯৮১ দগী ২১-৩-১৯৮১ ফাওবা লমশাংদগী লমথারগা বিসেনপুরলোমদা তোংজৈ মরিল ওল কছার রোডতা লাক্লগা তমেংলোং কাংচুপ চীংলোমদা কুমথরকপদা থেংনরকপা কয়াগী মরমদা ইবা অমা ফোঙবিনবা আর ডি ওদা পিশ্রগা অমত্তা ঙাইরবা কোপীদু মাংহনবীখিবগীদমক থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইজদবদুনি।

চিংথহৌবা অমগা হায়বা তারগদি অইবনা মনিপুরগী মপাল অতৈ ষ্টেটশিংদা চৎলুবগী মরমদা ইবা কাউঙঙ্গরোইদবা লমকোয় ৱারী ইং ১৯৮০ দা ছাপা হৌরুরগা লোইসিনবা ঙমদনা লৈরি । মসিমসু অথুবা মতমদা ছাপা নম্বা লোইসিন্দুনা পুথোকপা ঙম্বা ওইহনবীয়ু ঈশ্বরদা থৌনিজরি ।

অইবসিগী মরমদা থোইদোক্লা কুপ্পা হায়জনিংঙাই লৈজদে । ইবা পামজবা মীশক অমনি হায়বসি নত্তনা মরমদি অইবা মশাগী ৱারোলদা পামজবা অমদি থেংনরকখিবশিং মরিক চুম্না পনবিরি । করিগুম্বদা লাইরিক তম্নীবা ঐখোয়না তুম্নরগা মীকপ থোক্লকপদ মহাক্তি চে কলম পায়দুনা থেংলবা অহিং নোংয়াই ফাওবা ফমদুনা হেক্তা ইদুনা লৈরম্মী ।

বনালগী মতাংদদি সোয়দনমক অসোয়বা শিজিন্নগদবা শিজিন্নরোইদবা য়াওরম্লগনি খল্লী । মথং খুৎনম ফংবদা চুমথোকচনবা পুকচেল চাওনা ঙাকপিগনি ।

অরোইবদা খংজ হৈজদ্রিবী ঐহাকপু লাইরিক অসি ফোংনবগী তাঞ্জা অমা পিবিবগা লোয়ননা ঐগী অপোকপা ইপাগী নিংজ খঞ্জবদা খরদং মতেং পাংবা ঙমহনবীবগীদমক ঈশ্বরবু হন্না হন্না থাগৎচরি । পুম্নমকপুসু থাগৎচরি ।

*ইম্ফাল, তাং ১১-১১-২০০৪ ইং* *ফোঙজবী* - নোংঙানলৈমা

# অইবগী ৱারোল



নোংমা, মোডেল হাযাব সেকেণ্ডবিদা সুপ্লতগী ক্লাস সেভেনতমক লপ্লীঙে ওজানা ক্লাসতা নোটিশ অমা পাথোকখি। ৱাবোলদি চহি চহিগী ওইনা পুথোকপা স্কুলগী মেগাজিনগীদমক ৱাবেং শৈবেং পীখৎলকউ হায়বগী ওইবম্মী। ইমান্নবশিংদি মশানা ইজববা কবিনো অশেংবদি খংজদ্রে ৱাবেং শৈবেং অমমম পীখৎনৈ মতমদুদা ইশাশি য়াম্না লাংতক্লখি। কন্না ইনিংবা অমা ফাওখি। বুদ্ধি মঞ্জুবি স্কুলদা ক্লাস সিক্স তপ্লীঙৈদ অশেংবা থোকখিবা থৌদোক অমগী মবমদা পান্দুনা ৱাবেং ইবে অদুগা পীখৎখি। মেগাজিন্দা যাওবকপা হেক উবদা হাযনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা অমা ফাওখি। তোম্বীসনা হায় স্কুলগী ইডিটবদসু শৈবেং অমা ইমান্নবগী খুথাংদা পীখৎনৈ। মদুসু য়াওবকপা উবদা অমুক্কা হেন্না ইশাদা নুংঙাইজবা ইনোৎ অমা ফাওবকখি। মসিগী মতুংদগী ৱাবেং শৈবেং ইবা হৌবকখি।

মতমগী মতুংইন্না য়ুম মনাক্কা ওইবনে আই টি আইদা ত্রেনিং তৌবা যাম্না কান্নে য়াওশিল্লু হাযবদগী যাওশিল্লী। ত্রেড অমা পাস তৌবে। ষ্টাইপেনসু ফংখি। মথংদা অমুক অতোপ্পা ত্রেড অমদা ত্রেনিং অমুক যাওশিল্লী। মতমদুদা ত্রেন্নি ইউনিযনগী মীবেপ ওইয়ু ইমান্নবশিংনা তাকপিবদগী গেমস এণ্ড স্পোর্টসকী সেক্রেটবি অন কনটেষ্টতা কাদুনা থবক পুখি। অকোনবগী ত্রেড অদু পাস তৌববা মতুংদা পাস ইউনিযন শেমদুনা ফাওন্দব জেনেবেল সেক্রেটবি ওইনা থবক পুখি। গর্ভমেন্ট ওফ মনিপুব ইলেক্ট্রিকসিটি ডিপার্টমেন্টতা এপ্রেনটিক্স লাইনমেন ওইনা চংখি থাগী লুপা ১৫০ ফংই। থবক মফম লৈমখোংদা তাই। য়ুমদগী (খন্নাম লৈবক) লৈমখোং তান্না সাইকল্দা চৎলি। অহাংবা মতমদা লৈমখোংগী ফজবগী মবমদা শৈবেং ইখি। মতমদুদা তাংখমদগী চীংমৈবোংদা লৈববা ঐগুম্বা ইবা পামজবা মকপ কমলজিৎ, মকপ কুল্লাচন্দ্রা না খংনহনখি।

ত্রেড মান্নদবা ময়াম পুন্সিনবা এপ্রেটিক্স ইউনিযনগী প্রসিডেন্ট ওইনা থবক পুদুনা মনিপুবগী ডিপার্টমেন্ট কয়াদা তোঙান্না লৈবিবা এপ্রেনটিক্সশিংগী অৱাৎ অপাদা যেংসিনখি। ইউনিয়ন্না কন্না হোংনজবদগী বিগুলাব পোষ্ট পিবমদাইদা পোষ্ট মশিংনা য়ামদবা মেম্বব মশিংনা হেনবদুদা মেম্ববশিংগী মবক্তগী ইউনিয়নগী ফম পুবা নখোয়দি শোয়ববোই ঐখোয়দি লেমহৌবা তাবনি হায়দুনা ৱাবৌনবকপা য়াওবদগী ফম পুকবা ঐ ইশামক বিগুলাব পোষ্টকী খুদোংচাবদু শকক লৌখিদে তোকথোকখি।

অফংবা পৈশা ইমাদা পিশিনখ্রগা লুপা কুন কুনখক লৌহৌবগা পোষ্ট ওফিস্তা সেভিং একাউন্ট অমা হাংখি। মদু লৌথোক্লগা ফোংনিংমনবদগী মথোং মবম ইখং খংহৌদনা শৈবেংগী লাইবিক অমা ফোঙদোক্লে। য়াম্না নুংঙাইবা অমা ফাওখি। বিগুলাব পোষ্টতা সবকাগী থবক তৌবগী খুদোংচাবদু লংথোকপ্রবা মতুংদা অমুক নৌনা লাইবিক তম্নীংলক্নুনা পোলিটিকেল সাইন্স ওনর্স লৌদুনা তমলগা বি এ পাস তৌখি। বি এ পাস তৌববা মতুংদা মাহাবাষ্ট্রদা চত্তুনা বি পি এড তমখি। মফমদুদসু শৈবেং কয়া ইদুনা মনিপুবি ছাত্রশিংনা পাংথোকপা থাবতিন আগষ্টকী ফংসন্দা পাথোকখি। সবজেক অনিদা ডিষ্টিংক্সন ফংদুনা ফাষ্ট ক্লাসতা পাস তৌদুনা থোবকখি। মতমদুগী ইহৌ অওকপনি ত্রেনিং পাস তৌববশিংনা ইউনিয়ন সেমদুনা সবকাবদা

থবক হাপ্পু হায়কবদা চোম্লপ ওইনা থবক লৌখিবা লৈখি । মদুদসু ফম মশিংগা মেম্বব মশিংগা চান্নদবা ৱাবৌনবা য়াওনবকপদগী ঐদি য়াওজববোই হায়দুনা শকুক লৌদে । অনিবকসুবা ওইনা মসিমসু তোকথোকলে । অনিসুবা শৈবেংগী লাইবিকলোমদা মায় ওনসিন্দুনা পুথোক্লে ।

লাইবক ফবদগী আই টি আইদা পাস তৌবা ত্রেড অমনা য়াবা ওজাগী থবক অমা (সবকাবগী) ফংলে। মতমদুগী তলব লুপা ৫২০ দনি । মদু বিগুলাব পোষ্টতি ওইদে । মতমদুদা এ আই আবদা য়ুববানি (নহাবোলগী খোঞ্জেন) দা শৈবেং পাথোক্লুবদ একাউন্ট পেই হায়দুনা চেক্তা ইবা লুপা খব ফংই । মদুনা হৌদোকসেন ওইদুনা এস বি আইদা সেভিং একাউন্ট অমা হাংলে । মখা তানা লুপা খব খব থমজিল্লী । মদু লৌথোক্লগা অমুক ৱাবী মচাগী লাইবিক অমগা পুথোক্লে । মথংদা গর্ভনমেন্ট পোলিটেক্নিক্তা মবি লৈনবা ঐগী (মবিসুবা) লাইবিক অমা ইংবেজি লোন্দা ফোঙলে ।

অপাইবা ৱাখল অমদগী তৌবিবা থবক অদুনা পেম্ব্লোকপা হৈতদুনা লায়না চংমনবদগী লায়না থাদোক্লগা দিল্লিদা এম এ তম্বা অমুক চৎলি । থোবক্লগা বিগুলাব ইংলিস হায় স্কুলদা ওজা অমুক ওই । মদুসু অমুক তোকথোক্লগা সেকুবিটি সার্ভিসতা অমুক চংই । অসুম্না খকং মফম চাদবগুম থবক মফম কোইলেঙ লেঙখি । সেকুবিটিদা লৈববা কান্দদি ডিউটিগী মতমদু অয়ুক নুংথিল নুংদাং মথোং খংদবদগী ইবগী থবক্তা অৱাবা ওইখি । ডিমাপুবদা পোষ্টিং তাকই, অনৌবা থেংনবগী মবমদা শৈবেং ইখি । অসুম্না মতম হেক ফংবদা ইখি ।

নোংমদি, কবি ৱাখলদগীনো, পাউচেগী ওফিসতা শৈবেং পীকই । সঙাই এক্সপ্রেসকী মখল মথেল কাখলদা ইখি । পোক্লফমগী ইডিটবদা চিঠি থাখি । তলব চাবনিনা মীংদি লোংখি। মীং পঞ্জববদা জাতিশ্বব সৌবাম হান্না খংনববসু ইবগী মতাংদদি ফোংদোক্লদবনা খংনদে । পাউচেশিংদা মাগী ৱাবীমচা ঐগী শৈবেং, মীং সুম থেংনবকপদগীদি ইবা পামজবা মশেল হান্নদগী নকসিন্নবকখি । লাইবিক ফোঙবা যৌবমশিংদ চৎলুসি হৌবক্লুনা হেক- হেক চৎমিন্নে । মানা মবম ওইবদুনা আব কে গুণচন্দ্রা সিংহনা (ইমাখোলগী প্রসিডেন্ট) ঐগী ফোংত্রবা লাইবিক্কী মবমদা পাউচেদা শক্তাকপিবকখি । তৌবিমল খংবা উৎচবি ।

ঐহাক হৌজিক হৌজিক সাহিত্যগী সংস্থান অমত্তদা যাওজদবনি । মসিগী মবম নিংবা কাইবা ৱাবী কয়া অমা মমাংদা লৈখ্রে । লোনগী মতাংদা চাবা হেনবদা মনিপুব সাহিত্য পাবিষদকী মেম্বব ওইনা (১৫-১-১৯৯২) য়াওখি । খংবিবমগদ্র খংবিবমলোইদ্রা খংজদে । অদুবু ঐগী অফোংবা লাইবিকশিংদি সংস্থানশিংদা প্রজেক্ট তৌজখি । 'মতম' হাযদুনা পুথোক্লম্বা চেফোংদুগী ওফিস হৌজিক মসজিৎ বোড হায়না খংনবিবা নিপা কৈথেল পবিং প্রতাপ অমসুং ভিকটবিগী মনিংদুদা মকপ মোবীগা অয়াম্বা মতমদা লৈদুনা মবক মবক্তা শৈবেং হাপখি ।

নোংমা এ আই আবদা প্রোগ্রাম অমখক্কী হায়কবদা মীয়াম্না মমিং তোযনববা ঐদি পঞ্জববোই অহলদুনা হায়বকখি । "মশক নাইবা অফাওবা মী" নৎত্রবদি য়াবোই ...। কন্না যেৎনবে মাসু মানা ঙমহৌবে খল্লমগনি। ঐখোয়সু ৱাহং হংদুনা হল্লকখি। মশকনাইবা অফাওবা মী । কনাগুম্বা অমনা হায়খিবা অমদি নিংশিংলকই । মশকনাইবা অয়াম্বা হৌবকপদ নাইবমপোনতে তোইবক্লগা খংনবকপনি । অফাওবা অইবা অয়াম্বা ইবা হেক খুদিংদা ফাওপোনতে ময়াম ইবকপদ অমা য়াওবগী ৱানি । মথংদা মশক নাইববা ওজা অমনা (লৈখিদ্রে)

এ আই আরদা (মরিলৈনবা) ঙাংবদা অরানবদু শেমদোকপিয়ু হায়জরুব্বদা "ঙরাংগী ঙাখা নখোয়না খংপোনতে" হেক্রা হায়বিরকখি। শিদৎনা মানা চুম্মী হেক্তা য়েৎখি। নিংবা কাইনিংঙাইনি. মতমদুগী অহলদু কয়াদা শাথিণ্ত্রবনো? কৌসিনবিদে তাঙ্খোরকই।

মসিগুম্বা ময়ামসিদগী ইবা পামজবা মরুপ নহারোল ময়াম পুন্সিল্লগা সংস্থান অমা নৌনা সেম্লে। তাং ২১-১০-১৯৭৯ ইং নোংমাইজিং দ্বিপানিতা নুমিৎ। লাইরিক ফোঙবা হৌরে। অহুমশুবা চহিগী মীফম তাং ২৭-৮-১৯৮১ ইংদা (জি এম হোল) থা থাগী পুথোক্কদবা চেফোঙ অমসু (নোংমা) ময়াম্না ঐবু ইডিটর ওইহনবিদুনা পুথোক্লে। খেলেন থৌচোম্না কার্তুনগী মোনোগ্রাম য়েকখি (সঙাই এক্সপ্রেসকী ইডিটর ওইদ্রিবঙৈ, হৌজিক টেলিগ্রাফকী মী ওইরবা) অঙোমচা অরাবনা মৈতৈ ঈয়েক য়েকখি। (পাউচেদা লৈত্রিবঙৈ, হৌকিক্তি উকিল ওইরবা) থৌরমদুদা সভাপতিগী ৰারোলদা ইকাই খুম্নজরিবা নোল্লুকচরিবা লৈখিদ্রবা (ঐবুদি য়াম্না লুনা তৌবিরমগ্রবা) শ্রী অশাংবম মীনকেতন সিংহনা হায়বিরমখি। ইচাশা লিংখৎপা, হৌদোকপা লাইবনি। মদুবু মথৱায় হাপ্তুনা মতম শাংনা হিংহনবদুনি ইপানা কিরিবদি। ইপাখোয়না হোৎরকপদি চেফোং য়োনবা চৎপদা একাগাড়ি টয়ারসে লফু চনাংনা য়েৎলগা লমশাংদকীকা খোঙনা লাকপা কয়ানিদো। মতমদুগী লম্বীদিকো। অদুনা নখোয়না থৱায় য়াওনা হোৎনজরিবসে মঙ্গল ওইয়ুকো ইপাসু ঈশ্বরদা প্রর্থনা তৌজবি। কয়াদা নিংঙমখিদ্রবা ঙসিদি কয়াদা চুম্লরবা। মতম খরদি থাদগী থাখায়দা ঐগী মথংদা কোন্সম কুল্লাধ্বজনা ইডিটব ওইদুনা (হৌজিক্তি মনিপুব সাহিত্য পবিষদকী সেক্রেটরি ওইববা) মথং মথং চেফোঙ পুথোকলম্মী ঐখোয় ককচীং তান্না চত্তুনা চেফোঙ য়োল্লুই। অঙকপনি ককচীংগী মীওইশিংদুসু। মহীন্দনা চেফোঙ অমমম লৈবিহৌখি। অদুবু শেঙ্খোক লৈতবা নহারোল মীঙমজদবা ঙাক্তা ওইখিবনা পুন্সি লানথেংনরকপদ মতম খাইদোকপা ঙমলক্তদুনা মায়কৈ খংদনা চাইখি। ইবগী চেফোঙগী লান লেপখি। ঐদি নিংবা কায়না নাইতোম চৎহৌখি। মরুপ অমদি ফিলমদা মায় ওনসিনখিদুনা মীয়াম্না শকখংনবা হায়বসু ওইখরে, হেন্না হেন্না চাওখত্তুনা মশক নাইবা হাযবদু ওইবক্লসনু।

পুম্নমকসি থমগ্রগা ঐগী চোয়জাইননা লৈরিবা শৈরেংশিংসি পুন্সিণ্ত্রবগা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবদি ওঙ্খোক্লা নুংঙাইজগ্রনিদা খঙ্গদুনত লাখিবনি। ঙসিদি ১৯৮৫ গী মতুং মতম কুইন্দগী নিংজরকপা আশাসি ঐগী ইচানুপীনা খংহৌদনা থৌনা অমা হাপ্পীদুনা লাইরিক ওইনবা হোৎনরকপদ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবা পোকই।

মতাংসিদা, য়াম্না মক ওইনা ইমাখোলগী ভাইস প্রসিডেন্টনা ঐবু ইমাখোলদা চিংসিনবীদুনা য়াওজবা ফংহনবীবগীদমক ইমাখোলগী প্রসিডেন্ট, সেক্রেটরি অমদি অতৈ মেম্বব পুম্নমকপুসু তৌবীমল খংবা উৎচরি। লোয়না লোয়ননা প্রেসকী মপু শ্রীমোইরাংথেম কুমার, কমপ্যুটর সেট্টিং তৌবীখিবা শ্রীসাপম হেরোজিৎ, মখুম ডিজাইন তৌবীখিবা প্রেমানন্দ রোয় অমদি অতৈ ৰাহৈনা পাঙ্গলনা লাইরিকসি ওইনবা হোৎনবদা তেংবাংবিরকখিবা পুম্নমকপু অমমমত ওইনা মীং পণ্ত্রবা ঙমখিদ্রবসু তৌবীমল খংবা উৎচরি। পাবিরিবা পুম্নমকপুসু নোল্লুকচরি। হন্না হন্না থাগৎচরি। পাবিরবা মতুংদা অফ ফত্ত নৈনবিরক্লবদি অমুক্তা হেন্না নুংঙাইজগনি।

*ইম্ফাল, তাং ১০-১১-২০০৪ ইং,* *রাজেন খুমুকচম*

# ইমাখোলগী ৱারোল



কনানসু থিংলুবা ঙমদনা লেপ্তুনা চেষ্টবক্লিবা মতমগী ঈচেলদা থাজিনবগী থনবা নাইদ্রবা পাকচাউখ্রবা মালেম অসিগী সাহিত্য লৈকোল্দা লৈখল লৈচু মান্নদবা লৈরাং চার খবদং থাজিঙবা ঙম্লবা হায়দুনা তাং ২৩/৩/২০০৩ ইং, নোংমাইজিং নুমীত্তা ৱাখল মান্নজবা, হৈরবসু হৈত্রবসু সাহিত্যদা থবায় য়াওবীবা মীওই খবগা পূনশিঙদুনা অৱাং পোংশংবম খুনৌদা লিংখৎচখিবা "ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ" ইমাখোলগী ওইনা ইমাখোল পব্লিকেসন্সনা পুথোকচবা তরেৎশুবা মশীংগী লাইবিক্তি রাজেন খুমুকচমগী "লৈবগে কদায়দা" হায়বা শৈবেং ৬৪ গী লাইরিক অসি ওইনা পুথোকচদুনা খুদোল তমজরি।

বাজেল খুমুকচম মশক্লাইববা হান্না লাইবিক মবী ফোঙথ্রবা, সবকাবগী থবক্তা মাঙওইনখিবনা মতম খবা তুমীন্না লৈশিল্লুববা মতুঙদা মৈবু ফিনা কুপ্তুনা কুইনা থম্না য়াদবগুম হুন্দক মহাক্কী অপাম্বা অদুদি লোত্তুনা থম্না য়াবক্তুদুনা কবি অসিগী মঙাশুবা লাইরিক অসি লাই তোংলবা কবিগুম মশাদা য়াওবীবা মচিং অদু হৌরক্তুনা মীহুল কাঙলক্তুনা মেনবা ঙমদ্রবা থম্মোয়দগী হৌরকপা ঈফুৎপু কবি অসিনা শৈরেংগী লাইবিক ওইনা ফোঙদোবকপনি।

খৃঃ ১৯৫৮ গী এপ্রিল ৯, যুমশকৈশ নুমীত্তা শগোলবন্দ খম্নাম লৈবক্তা লৈবা শ্রীখুমুকচম বুদ্ধি সিংহ অমদি অখাম নিঙোল খুমুকচম ওঙবী ভৈগ্যাবতি দেবী অনীগী মচা মাপনগী মনুংদা মচা য়ায়মা ওইনা মহাক তাইবঙদা খোঙদাবকখি। লাইবিক ইবা পাবা পামজনা হৌবকখিবা ঙসিদি ইথোবক্রে, ফোঙদোরক্রে, ফোঙলকখিদৌরি, হোংনবা কনবা মথৌনা লৈবা মীশক্নি। মহাক্না ইমাখোলগী মেম্বর ওইবীবক্তুনা ইমাখোল পব্লিকেসন্সকীদমক্তা লাইবিক অসি পুথোকপীবগীদমক্তসু থাগৎচবি।

পুন্সিগী তাঙ্কক কয়াদা সাহিত্যনা চোকথববা ৱাখলবু তেকখৎহল্লি, অতুম্ববু যাকায়হল্লি, অশোনববু মপাঙ্গল হাপ্পী, অকিববু ফহন্দুনা মথৌনা পী, অথুম্বা মহাওলৈবা ৱাহৈনা থম্মোয়বু পেলহল্লি, ফজবা ৱাখল্লোন্না মীওইবা পূম্নমক হুমদুনা পুবা ঙমই। বোম, তোপ, থাঙ, তেন্দগী হেন্না খোর্জেনা মতিঙ লৈবকই। খোর্জে শুবা অইবশিংবু লৌশিংগী মপূ ওইনা লৌনদুনা ইকাই খুম্নৈ। সাহিত্যদা অচুম্বা অফবা ফজবা হায়বসিতা নত্তনা অৱাবা, নুংঙাইবা, পেন্দবা, অপেনবা, কপ্পা, নোকপা, অনিঙবা, অপাম্বা, পামদবা, পান্দম, ফিবেপ ফিদম মায়ওন নুংশি নুংওন, কায়নবা, থুংনবা, ইন্থোকপা, লৌশিনবা, মীওৎ মীনৈ, মীহাৎ মীপুল মীনম শোবি, কাঙলূপ খায়বা, খায়দবা, তেংথা নাওই, নিংথৌদগী মীনায ফাওবা, অতোন অতা, চেঙনি ফিনিবা, লৌমী শিল্পি খোঙতেক মীত্তাং ফাওবা সাহিত্যনা য়ৌদবা লৈতে হায়বা য়াই। তশেংবনি ফজবা অচুম্বা ৱাখল্লোন্না মীওইবা পূম্নমক জয় তৌবা ঙমই। মহাক্কী শৈবেংশিসি অমুক্তং পাবীদুনা কবি মহাও ফংবগে হায়বদু য়েংবীয়ু হায়দুনা মীয়ামগী খুত্তা শিন্নজবি।

তাং ৮/১১/২০০৪ ইং

কেশো সিংহ ইরেংবা

*সেক্রেটরি,*

*ইমাখোল, অৱাং পোংশংবম খুনৌ*

# ৱাহৈ খরদং



শ্রী রাজেন খুমুকচমগী শৈরেং ৬৪ গী লাইরিক লৈবগে কদায়দা অসি পারুরগা খ্বাইরাকপম চাউবনা ইরম্বা খর নৌহৌননা নিঙশিংলকই । 'কবি হায়বসি ধ্যান তৌরিবা মুনি নংত্রগা লাই তোংলবা মাইবীগুম্বনি'। কবিনা ৱাখলগী ইপাক্তা হেক তাওবা মতমদা মহাক্কী থম্মোয়দা ৱাখলগী ঈচেল চাম্মনা ইনোং চাম্মা চাম্মা ফাওনা চেম্বুরকই। মতম অদুদা ৱাখলগী ইপোমনা পুক্লিং থম্মোয়নচিংবা থুমহৎখিদুনা মহাক্কী ৱা ঙাংথোক্লবগী পাঙ্গল মাঙখি অঙকপা নংত্রগা লাই তোংবা মাইবীগুম্মা মরি লৈতবা ৱাহৈ মঙা তরাদং ঙাঙবা নত্তনা মহাক্কী অতোপ্পা পাম্বৈ লৈতে । মতম অসিদা কবিগী অবস্থা অদো য়েংবদি অৱাবগী মশক্তি। তশেংনমক রাজেননা অঙনবা মতমদা পুথোকখিবা লাইরিক খবসু মকপ জাতিস্বর সৌবাম্মা পীবিদুনা অইবগা মশক্কা খঙনত্রিঙেদা পাবা ফংজপ্রে। কুনমাথোই শুবা চহী চা অসিগী অইবনি, নংত্রগা কবিনি হায়না রাজেনবু শিঙথানবা য়ারে। মহাক্কী শুৎপুথোক অসিমক অখন্নবা সাহিত্যগী ওইবা রস কয়া য়াওবনা অপাবশিংগী পুক্লিঙ ৱাখল চিংশিল্লগনি হায়না অচেৎপা থাজবা থমজরি । অইবনা লাঙতক্লনা প্রকৃতি অমসুং সমাজবু লূনা নাননা থমজনিংবগী পাউজেল অমসু পীরি ।

শৈরেং খরদদি অইবগী ৱাখল অদু মীয়ামগী থম্মোয়নুংদা করম্মা য়ৌহনগদগে হায়না খঞ্জদুনা খুৎ থাবসু থেংনৈ। শৃঙ্গার রসতা মপুঙ ওইবা হায়বসিমক্তি কবিগী মরু ওইবা শৈরেং ইবগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা ৱাফম অমনি । মসিমক্তনা অইববু রোমান্তিসিজম কবিনি হায়না মত পীজনিংই । শৃঙ্গার রস য়াওবনা লাইরিক অসিগী মগুনসু হেনগৎহল্লিবনি। জোন কীৎ, পি বি শেল্লিসু মখল অসিগী কবিশিংনি।

লাইরিক অসিবু ইমাখোলগী তরেৎশুবা খুদোল ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা অঙম্বা মতেং লৌবীরিবা শ্রী কেশো সিংহ ইরেংবা, জেনরেল সেক্রেটরি অমসুং অইবা শ্রী রাজেনবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি । মতুংদসু হেন্না ফবা লাইরিক পুথোকপীরক্তনি হায়না অচেৎপা থাজবা থমজরি ।

ডিমাপুর,

তাং ৬/১১/২০০৪ ইং

রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহ

*প্রেসিডেন্ট*

*ইমাখোল, অৱাং পোৎশংবম*

# য়াওফম


| মথং মনাও | শৈরেংগী মমিং | চেমায় মশিং |
|---|---|---|
| ১ | কংচবা | ১৩ |
| ২ | হৌনশারা | ১৪ |
| ৩ | খম্লী ইথম্নতা | ১৫ |
| ৪ | লাক্লো | ১৬ |
| ৫ | থাজদবা অমদা | ১৭ |
| ৬ | য়েম্লিংথা ‘মদা | ১৮ |
| ৭ | নশাইগোন্দা | ১৯ |
| ৮ | তারিবা পাউসিবু | ২০ |
| ৯ | মঙলানগী রাজকুমারি | ২১ |
| ১০ | নখোয়গী খোঙচৎ | ২৩ |
| ১১ | করিগীনো খঙদে | ২৪ |
| ১২ | ঈচাও নত্তে, খন্নদবা খুৎশেম্নি | ২৫ |
| ১৩ | ঙাকহন্নিঙব্রেদা ব্রাশকতো | ২৬ |
| ১৪ | হায়করগদি শাওরক্লনি | ২৭ |
| ১৫ | মীরাইবীপ্রবশিং | ২৮ |
| ১৬ | হংখিবা ব্রাহং | ২৯ |
| ১৭ | মসিনা করম্বা গুন | ৩০ |
| ১৮ | পূম্না চংমিম্নৌ | ৩১ |
| ১৯ | হৈজুগ্রাং | ৩২ |
| ২০ | লুনিংলা ইলিজাবেথ | ৩৩ |
| ২১ | কুচু মুজরসু | ৩৫ |
| ২২ | নিঙশিংলুবদা | ৩৭ |
| ২৩ | লাম্না লমজিংবীগনু | ৩৮ |
| ২৪ | সরকাস তৌবা তাই | ৩৮ |
| ২৫ | মতমদো ওইহন্নিঙলেদা | ৩৯ |
| ২৬ | চোয়জাইনরবা শম্লাং | ৪০ |
| ২৭ | ফোটো ‘মদা | ৪১ |
| ২৮ | মতমদুনা য়ৌহ্রিঙৈ | ৪২ |
| ২৯ | ব্রারমগনিকো | ৪৪ |
| ৩০ | থেংনরকখিবনি | ৪৫ |
| ৩১ | ঙসিমক | ৪৭ |
| ৩২ | পাউজেল চেন্দা | ৪৮ |

| মথং মনাও | শৈরেংগী মমিং | চেমায় মশিং |
| --- | --- | --- |
| ৩৩ | খঙদে | ৫০ |
| ৩৪ | আগষ্ট থাদা | ৫০ |
| ৩৫ | মীকিথি | ৫২ |
| ৩৬ | ইতিহাস পুবী আগষ্ট | ৫৩ |
| ৩৭ | দুর্যোধন শাবদা | ৫৪ |
| ৩৮ | খল্লুবদা | ৫৫ |
| ৩৯ | পেন্থোকপা তাবরা | ৫৬ |
| ৪০ | লৈবগে কদায়দা | ৫৭ |
| ৪১ | শাক্নিনা হায়বনি | ৬০ |
| ৪২ | করিগী | ৬১ |
| ৪৩ | অরোংপদুনা হেল্লী খঙনিঙবা | ৬২ |
| ৪৪ | হঙোইগী ব্রাকং | ৬৩ |
| ৪৫ | নোংমদি মান্নরখিনি | ৬৪ |
| ৪৬ | হে পৈশা | ৬৫ |
| ৪৭ | করম্না লাকসিনগদগে | ৬৮ |
| ৪৮ | অপাইবা লৈচীনগী মপৈ উরুবদা | ৬৯ |
| ৪৯ | ফংগদৌ মাল্লে | ৭০ |
| ৫০ | য়াম্না কিজে | ৭২ |
| ৫১ | খুরবা গল্লিদুদা | ৭৫ |
| ৫২ | কংচরি র্ভপন নখোয়দা | ৭৬ |
| ৫৩ | ঙ্গিপানিতা নুমিৎ (ইম্ফাল সহরদা) | ৭৯ |
| ৫৪ | নিংঙোল চাক্কৌবনা লাকপদ | ৮১ |
| ৫৫ | চৈনা | ৮২ |
| ৫৬ | ইন্টরভিয়ু (মনিপুরদা) | ৮৩ |
| ৫৭ | হয়েং | ৮৪ |
| ৫৮ | করিনো ঐনা তৌগদবা | ৮৫ |
| ৫৯ | নুপী | ৮৭ |
| ৬০ | খৌপুম (নুংঙলায়গী খোং) | ৯০ |
| ৬১ | ইশ্রবা তুংদা | ৯৬ |
| ৬২ | খৌদোক্নুনা খোকপ্রবদা | ৯৭ |
| ৬৩ | ইমানা কৌরে | ৯৭ |
| ৬৪ | থাগংচরি ইডিটর | ৯৮ |

## (১)

## কংচবা

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ
ষন শাদুনা চংলকপা
খুংয়াওবগী ঙমখৈ লৈতবা

চন্দোন উপু মথক কাখত্তুনা
ইবেন্না নিঙজ লাংচরিবা লাই পুন্নমক
চখায়দুনা শান্নবা মপাল থোকচিনবা

শাওবদ লুতোন শাংখ্রবা ইবেন্না
য়োংপাক পুথোরকউ জুরি তাফমদা ফুমগে
মসি অঙাংসিদা হায়খ্রবসু

চেংলৌ শক্তম লৌসিনবা ঙমহৌদ্রবা ইবেনগী মফমদা
খংজদবা নসুনা লঙজখিবা ইরান পুন্নমক
ঙাকপিনব কংচরি নসুনা ইবেন্দা

ঐগী মচোয় মচোয়রবা
ব্রাহৈশিংসে খোমজিনজদুনা
শৈরেংগী লাইরিক শেমজরগা ।

(২)

## হৌনশারা

নহালদি ঐখোয়সে,
উনাগী শঙ খাংপোকশঙদা,
উগী উকোল শুরুংদুদা,
মৈগী মশক উঙমদ,
থোংদবা অহিংবগী মহাওদুদা,
সুপ্লতগী নোংমতগী চরাতমক ।

ঙরাংদি ঐখোয় খঙত্রে,
তাইবংপাল তাইবং-মী,
শাগৎলম্মী আশাগী ফুরা,
বাখলগী অফবা দলাল ।

ঙসিদি ঐখোয় য়েংথিনরে,
ঐগী ঐগী, নঙগী য়াওদে,
মসিবু কয়াম ওইথোকখিনি ।

১৭-৬-১৯৭৯

## (৩)
# খল্লী ইথয়ত

ঙসিদি মল্লবা তেক কায়থরক্লবা
নোংলৈনা চেল্লগদবা খাংপোকশঙ ওল্লবা
খাংপোকশঙসিদগী নোংমা
খাংপোকতুদগী থোক্লুই মপান্দা
উরুই থেংনরুই সংসারগী চৎনবী
মখল মথেল কয়া অমা
উরুরগা মথং মথং নিঙশিংলকই
হৌখ্রবা মতম অমগী।

খুৎতুম শিংই ইথন্নত খাংই
মীৎ-না চেজেৎ উইসিন্দুনা খাংই
খংহৌদনা থাখি খুৎতুমসে
অহাংবা মালংদা তাইনফম খঙদনা।
থংনবা মীৎকুপ্তু খল্লকখিবনি
অস! সাগলসি হিক্তোক্লম্মীদা!
খল্লী ইথন্ত অমুকসু
ঐগী লাইবকসিনা কবম্বনো
অমুকসু খল্লী ইথন্নত
মখোয়গী মরাইবকসে ফখরেদ
খল্লী ইথন্ত অমুকসু
ঐগীসিবু কল্লকলুবিবা হায়বদুরা?

৬-১০-১৯৭৯

## (৪)

# লাক্লো

লাক্লোনে ঐগী মণ্ডলৈপাকসিদা,
লমথুং খণ্ডদ্রবা ঐগী লম্বীসিদা,
ওইররো নণ্ডনা ঐগী লমজিংবী।
পায়ররো নণ্ডনা ঐগী মৈরা।

লাক্লোনে ঐগী মণ্ডলৈপাকসিদা,
লমথুঙ খণ্ডদ্রবা ঐগী লম্বীসিদা,
ওইররো নণ্ডনা ঐগী লমজিঙবী।
পায়ররো নণ্ডনা ঐগী খুজেং,
কল্লরো ইরাক্লরবা ঐবু,
ঐ য়াম্না ৱারে, হায়হেদেদি হায়নৈ

ঈশিংসে চুম্নগী ঈশিং নত্তে,
নমথি হঙ্গোইনা থল্লবা,
তিলহাৎ হিদাক সুনা তিল্লবা
ময়াক কল্লবা ঈশিংনি।

৯-১০-১৯৮০

## (৫)
## থাজদবা অমদা

ঙাইরক্লীবা নুমিৎ অদো ঙসিগীসিরনে
নুমিৎ অদুবু ঙসিগীসিগুম[illegible]বরনে
ঙসিগী অসিগুম নুমিৎ দুদু
মসিমক নুমিত্তুমক্তদসু [illegible]




মঙলানলা মঙনি হায়নিংদে
তাইবংলা তাইবংনি হায়নিংদে
কৈনো ওইরীবা মওঙসিবো ?

নিঙজিং মাংজিংনরিবঁৌ,
খঙহৌখিদে খান্নসু নংখিদে মোমোন্নখি
মাযথোঙসে মকা শোয়দনা লান্নমগনি ।

নিঙশিংলকই, যেংঙোয ব্রাগনু !
নুমিৎ অদো তুমদনা
মঙলান মঙখি নুংঙাইববা আশা কযাদা
অদুগা ঙসি অসিনা
নুমিৎ অদুগী করম্বা
অওনবা শক্লোনগী শক্তম !

২২-১১-১৯৮০

## (৬)
## য়েন্নিংথা 'মদা

মীওইনা তাইবংদা খোঙদারকপা,
ৱাখলনা মপুঙ ফাদ্রিঙৈ,
হৌপ্পবনি মতম অয়াম্বদি,
খঙদনা চৎনবী তাইবংগী,
হকচাংনা শারেপ কাংদোং মফাবক,
লৌশিংনা মপুঙ মরৈ তম্লক,
লৈরম্লে ঐখোয়দি খুৎশেমগী,
নিঙতম্বা মানবা নিঙতম্বদা।
অমুক্লা তুরেলগী অনৈবা ঈশিংদা,
অমুক্লা পুখ্রিগী চনৈনবা ঈশিংদা,
তাখি নাকোংসিদা নাকোংসিনা,
উখি ইমিৎসিনা শং শংনা,
মতমদি অসুম হৌখি অসুম্মা
মোমোন নোকখি থম্মোয়দা,
কনাগীসু থৌইনশিন য়াওদনা,
লৈমিন্নরম্বা ঐগুম্বা ফম্বাকসিদা,
নাম্থোকপ্রে মনিঙ তম্মখ্রে।
লাইবক ফবা ওইখ্রবা মখোযগীদমক
ঐদি কবি তৌবি ঙসিসে।
খোঞ্জেলতমক তায় মখোয়গী,
খৎলিবা খুৎতুদি ফংখিদে উবা,
অমম্বা মরক্তরা মখোয়না লেপ্লিবা ?
ফোঙনা থোবকউ তাইবংদা,

ননিঙ তমজৌ ঐখোয়গী ইখাদা,
ঐখোয় কাব তোংখিগে,
ইচা মহৈ তমহনখিগে,
তাল্লোই লিকফাং হাপকৎখিগে,
শাগে-নাতে শানেখিগে,
তাবিবা খোঞ্জেলসিবু খোঞ্জেল্লা ?
মঙাল থোক্লা আশা অমদা
ঐবু হিংবা ঙমখিগদ্রা,
ৱাহংনি চাম্মা হংলিবা।
হংননবনি হংহনখিবনি মখোয়না।
কাবিবা চীংজাও, চৎলিবা লম্বী,
য়েন্নিংথা নঙবু অমুক লাকখিগদ্রা ॥

১৩-৭-১৯৮১

## (৭)
## নশাইগোন্দা

চেংলৌ হেনবীনি,
হে ইমা অপোকপী নঙদি,
মোমোন মোমোনতা নোকচবী।
অদুবু ইমা নঙগী নশাইগোল,
মীনুংশি খঙদ্রবশিংনা থল্লে।
মীওইবনিকো মাসু ঐগুম্বা,
মহাকমক্কী মচল-মচেগুম্বদবু,
চৎহৈ-য়েংহৈদবা শারমচৎ,
মাগী চখাওগীদমক,

লাঞ্জদ্রবশিংদা অসুক তাথিবা,
নমদুনা শাওহনবা ।
করিগুম্বদা !
অসিব্রাইগী নোংলৈ নুংশিৎ,
মফমদুদসু শিৎলম্বা থোক্লদি
চৈনা চাকথুং মাগীসু,
ফংলমগনিকো ।
কোরৌসু নোংপোক্তগী মথোক্লি,
থাজ মাসু নোংচুপ্তা তারি,
মঙলাক্লনি তুম্লরোইদ্রা ?
য়াইফরিবা য়াইফথোইরবশিং,
অমর নত্তেকো মখোয়সু,
কাওথোকফদে মীওইপোক্লি,
কোঙ্গোলগুম্বা পুন্সিনি ।

১৬-১-১৯৮২

## (৮)
## তারিবা পাউসিবু

করম্বা সুমহৎয়াই পুবীনো নঙবু ,
লাপ্পা লৈরে নঙতবু মখলহল্লি ,
নক্লা লৈরে নঙতবু মনিঙহল্লি ,
করম্বা সুমহৎয়াই পুবীনো নঙবু ?
চীংলোন কয়াসু মরাল্লক্লে,
তুরেল কয়াসু তুঙ্গোইনরম্লে,
কাউবা লৈতরে নঙবুদি ,
হে, পোক্লফম ইমা ।
করম্বা সুমহৎয়াই পুবীনো নঙবু ?

লাপ্না লৈবে নঙতবু মখলহল্লি ।
নক্লা লৈরে নঙতবু মনিঙহল্লি ।
খোইথুম্নরবা নঙগী উহৈ-ৱাহৈ,
নিঙথিরবী নঙগী ।
ঈং-তপ্লবা হৱা-নুংশিৎ,
নিঙথিরবী নঙগী ।
য়েংখি-য়েংখিবদা পূম্নমক
ইফদ মফজবা ।
অদুবু ইমা অরাপ্পা মফমসিদা,
তারিবা পাউসিবু মীশি-মীনাগী,
মীকপ-মীরাওখোনগী,
চুম্লিবরনে ইমা ?

২১-৭-১৯৮২

*মহারাষ্ট্রা*

## (৯)
## মঙলানগী রাজকুমারি

নোংমতসু উখিদ্রিবী
অমুক্তসু শকখঙনখিদ্রিবী
মহাকপু উরুবদা খঙহৌদনা
হুখি থম্মোয় পাখঙগী
চাম্মা চাম্মা ।
নিঙথিমনবদুনা চেংলৌ শক্তম
ঙালহন্নিঙখি মল্লা শঙ্গায়দা
মেরা থাগী পুর্ণিমাগুম ।

মেঙলবা থাবলগী মঙালদা
শান্নজনিঙখি পুক্নিঙ পেন্না ।
পুদুনা চৎখিবনি ৱাকৎ
চাম্মা চাম্মা মফমদা ।
থম্মোয় পাউদম মফমদগী
অঙৌবা চেনাদা পুক্নিঙগী ঈথিলশিং
শান্তিগী পাউজেলনা থুংলরবদা
কয়াদা নুংঙাইজখিবা থুমহৎখিবা
নখোয়দি খঙলমলোই
ঐদি পুমঙাও ঙাওখিবনি ।
মল্লবা অহিংগী পাক্লবা সমুদ্রদুদা
ঈথৎ অমদৈ ঈথৎ অমদা
ঈপোম অমদৈ ঈপোম অমদা
ঈতিলখিবনি খোঞ্জেন থোক্লা
থেংজিনখি ৱাইসিনখি
চীংদুম মচাশিংদুদা অঙাওবগুম ।
মহাক্কী খোইথুম্নরবা মীনোক
নাওসুম ঈশৈগী শৈহেক্তা
নাওসুম্বীখি সংসার অমদা
তাইবং মীকপ থোক্লকপদা
ওনখরে পুক্নিঙ ওইরমলে মাদি
মঙলানগী রাজকুমারি ।।

১৯৮২

# (১০)
# নখোয়গী খোঙচৎ

নুমিৎ থা গ্রহ উপগ্রহশিং
নখোয়গী খোঙচৎসে কায়রবরা
পৃথিবীসে মীকপ মীরাওখোন্না নিল্লে ।

কায়রমাল্লেদা নখোয়গী খোঙচৎসে
কনানা হংলি ব্রাহং কয়া কয়া
ফংবদি লৈতনা মখোয়গী পাউখুম ।

কনানা নোক্লি মকা লাম্না
অব্রাৎপা লৈত্রবদা অহেনবা 'মগীদমক
মযা লাওনা কাথোক্নুনা ।

কনানা কপ্লী ও খোংনা
থম্মোয শোক্লা তেংথাদুনা
কাযনা মৈশা মৈচাক্কীদমক
নিঙশিং নিঙশিং নিঙশিংলুবগা
মিৎলু পিবাং শিন্থদুনা
শেৎনা খাযনা মৈচাক্কীদমক ।

২৪-৪-১৯৯৭

## (১১)
# করিগীনো খওদে

করিগীনো খওদে তশেংনা খওদে
সুকখও খওদে মথোও খওদে
নুংশিবিদে চানবিদে মখোয়না
থৌওইবীদে থৌশাবিদে।

মীংসু অনি নাকোংসু অনি
খোংসু অনি খুৎসু অনি
নাতোনগী মওও শক্তা চুদাদা খেৎনববসু
থম্মোয় অমমমদি মপান্নরি।

নুংশিবিদে করিগীনো খওদে
চানবিদে করিগীনো খওদে
থৌওইবিদে করিগীনো খওদে
থৌশাবিদে করিগীনো খওদে
মীরায়বিরে মীওইপোকসিবু মীওইবনা
করিগীনো খওদে তশেংনা খওদে।

৭-১২-১৯৯৯

# (১২)

# ঈচাও নত্তে, খন্থদবা খুংশেম্নি

ষণশেন নহা, করিগী ষণ শেনবা চত্তে
ঈশিং অসুক চাওরিসিদি
ঈশিং, নঙনা করিগী চাওরিবা
নোং লেপ্তুনা চুপ্নিবদুদি
নোং, নঙনা কবিগী চুরিবা
হঙোই মানা লেপ্তুনা খোংই
হঙোই, নঙনা কবিগী খোংলিবা
ইস ! ইকুম ইথানিনা
ষণশেন নহা, কবিগী ষণ সেন্দবগে
ঈশিং অসুক চাওবিসিদি
ঈশিং, নঙ কবিগী চাওবিবা
কবিনো, মীবৈহৎ-নঙনা
চপখৎলকইসে ?
মরমদু থিরিবনিনে থিরিবা
অদুদি নঙ, খঙজিন্নদ্রিরা
খঙজিন্নদবা হায়বদি করিনো
ঐগী লৈফম মখৈদি মখোয়না
নঙগী লৈফম হায়বদি ?
লম্ফেল-পাৎ, পোরোম-পাৎ
তাকয়েল-পাৎ, ৱাইথৌ-পাৎ

পাৎয়াম অমা কৈদৌরবা ?

ঙমই হায়দুনা নখোয়না

ঈথক্তা হৈজিল্লকখিবা চীংলৈবাকশিং

উপায় লৈখিদে থিংবিনবা য়াওখিদে

গ্লাসতা অফুৎপা য়েরুম থাদরকপা

অদুদগীদি পাথোরকপা, তস !

ঈশিং ঐসু নখোয়গী য়ুমথক্তা ।

১৮-৮-০২

## (১৩)

## ঙাকহন্নিঙখ্রেদা ব্রাশকতো

হৌখ্রবা পুন্সিগী শরুকশিংদা

কৈদৌখ্রবা মীয়ামগীদমক তিং-থোক্লা

ঐখোয খঙদে, মমুৎ-তানা

থাখায় 'মরোমদি থৌচিল্লমগনি

শোয়দনমক ।

মখোঞ্জেল তাবমগনি, চারম-থক্লম

খঙলমলোই ।

মীটিংগী, লৈসেম 'ঙাকলোনগী

লাউবা লাকখি ভোৎ কাবগী

জিপ্সা কারদা টাটাদা

ব্রাশকসু লৌরমাল্লে মন্ত্রিগী

লাকই ওফিসতসু ঐখোয়গী

শরুক ওইরমাল্লে মাগী

'তুং ইল্লকই, নোংমৈ পায়বশিং
মকোক্তা ফিজেৎ কিবশিং
হায়রম্মী চীং লেম্না নাপলদ
ব্রাশকলম্মী ...
রিগুলর পিরনি, প্রমোসন
থবক ফবদ, ওফিস কাদ্রসু
এক্সন লৌগনি ...
থেঙনা কাবী ঙন্না কুম্বীশিং।
ঙসিদি, উখিদ্রে মন্ত্রি
কিরবরা করিনো
হায়কোর্ট জর্জ্জ মাঙদা
ঙাকহন্নিঙখ্রেদ ব্রাশক্তো
মৈগী, ঈশিংগী, লম্বীগী,
চেং-চিনিগী, থাউগী তলবকী।

২-৯-০২

## (১৪)
## হায়রুরগদি শাওরক্কনি

শাওরক্কনি শোয়দনা হায়রুরগদি
ময়োলমক্তদা সহরগী ইম্ফাল
শাজিল্লকইবা দুকানশিং।
শাওরক্কনি শোয়দনা হায়রুরগদি
সোরোক্তা ব্রার্কশোপ হাংলিবশিং।
শাওরক্কনি শোয়দনা হায়রুরগদি
খুমন লম্পাক্কী পার্কিং,
বস পার্কিং.

কাচিনগী কাচিন ঙাক্তা
ক্বাদাংগী ক্বাদাং ঙাক্তা ।
শাওরক্কনি শোয়দনা হায়রুরগদি
লমফেলগী সুপর মার্কেট
কোনাগী কোনা ঙাক্তা
শাওরক্কনি শোয়দনা হায়রুরগদি ।
হায়ৱেগী অচৌবা থাওমৈশিং
নুমিদাং থাঙ্গৎপীনবা লৈতে
নুংথিল মুথৎপীনবা লৈতে ।
শাওরক্কনি হায়রুরগদি
কোঞ্জিন য়াওদবশিং টৌটিগী
ঈশিংনা নালা পাথোক্লিবা ।
মফম অমদনা
টৌটি উদ্রিবা অঙাংশিং
শাওরক্কনি শোয়দনা হায়রুরগদি ।

৭-১-০৩

## (১৫)
## মীরাইবীখ্রবশিং

ঈয়াইদা থোকপা কোঙ্গোলনা,
কনাদসু তাক্লমদনা তাকখিবদা,
খল্লুবা শংনদে ।
খুঙ্গংদৈ ষনগাড়ীনা মুৎশিল্লকপা,
ঊনা শাবা খুরুমদো,
ঈনা কুপ্পা য়ুমশিং,
ৱানা শাবা মমাঙ শঙ্গোয়,
লৈপাক্লা শাবা চাকথোং-চফু,

য়েক্সাং থোংনবা উয়ান
নুঙনা শাবা নুঙদেংকোৎ
চেঙ তক্লবা চক্রি,
ফৌ সুনবা সুম্বল
ফৌসু লওনা ঈশৈ,
মৈতৈলংনা শাবা ঙবোং-ফি,
লৈরুম ফিগী ফজবা,
শেগাদা য়েপ্পা শনাবুল,
লংত্রিক লংবা শনাবুল।
লাইবক্তা ককপা শাই
অফুৎপা চেঙহিগী মনম
কল্লকই ঙসিদি নিঙশিংলুবদা
তশেংনা পুক্লিঙসি নুংশিরকই
মতম্না পুবকপা মীরাইবীথ্রবশিং

১৪-৯-০৩

## (১৬)
## হংখিবা ব্রাহং

চেকপন মবিনা কোয়শিনবা,
লৈথক লৈখা খোনবা
লৈঙাক লোয়শঙ মবানয়াই,
তরক-তরক লেপখৎচবকই,
হংজবকই পীবাং পীরোইননা
তনিক তনিক্লবা খোঞ্জেন্দা।
ফুবীবরা মহাকপু মখোয়না ?
ফুখিবা লৈতে, ফুখিদে।
মেখৎপরা মহাকপু মখোয়না ?
মেখৎপা লৈতে, মেখৎখিদে।

হাংতোকপীরে ইচাবু মখোয়না !
হাংখিবা লৈবরা থিজিল্লি ।
শাগদোইরা, শেমগদোইরা ?
শাগনি শেম্নগনি শোয়দনা ।
কৈদৌঙে করম্বা মতমদা ?
য়াইফরবা নুমিৎতুদা নুমিৎতুমক্তদা
কনানো ঠিকা লৌরিবনা,
মমিং হায়বীয়ু ঠিকাদারগী,
কয়ানো লুপা মশিংনা ?
অদুক কুপ্না হংলিবদি
মুল্লুগে হায়রিবরা নখোয়না ?
ৰাহৈদু য়াম্না কনমল্লি,
হংলিবনি হংদবা য়াদদুনা,
হংফম থোকপগী ঐখোয়না ।

২১-৯-০৩

## (১৭)
## মসিনা করম্বা গুণ

য়াম্না শারগা মনিল ওল্লি,
য়াম্না ইংলগা মপঙ ওল্লি,
লাইজ ঈশিং নহাক্কী নগুণ ।

নোংপোক হায়মদা থিনগারকপবু,
কৌনৈ তাইবংনা অয়ুক,
নোংচুপ চীংয়াদা লৈথখিববু,
খংনৈ ঐখোয়না নুমিদাংৰাইরম,
কোরৌ নুমিৎ নহাক্কী নগুণ ।

কাদ্রিঙৈ মমাং ঐগুম্বনি ।
কাম্ববা মতুং নিংথৌগুম্বনি ।
আশা চাওনা চৎপনি,
নিংবা কায়না হল্লকখি ।
চংহল্লকখিদে ব্রাকৎপা,
থোঙ্গালদা থোংশংবা সিফাইনা

১৯-১০-০৩

## (১৮)
## পুন্না চৎমিন্নৌ

ইমানা কৌবে নখোয়বু
নথন্তা চৎপদি নুংঙাইবোই
হৌনবগা পুন্না চৎমিন্নৌ
পাখোনবুদি যাম্না যামহৌই
থৌদাংসু অকম্বা ঙাক্তনি ।
অব্রাংগী তাদা যুমশাবখোযদা,
মখাগী ইচে মাইবীখোয়দা,
মমাংগী ওজা কোক্লালখোযদা,
মনিংগী পুক্কং মযাং ওংবীখোযদা,
চৎকদবা থবকসু লৈহৌবনি ।
নথন নথন্তা চৎকনু
হৌনরগা পুন্না চৎমিন্নৌ
হুইজাও য়াম্না লোয়নবনি
ইমানা কৌহৌবনি নখোয়বু ।
তরাগী চৈসুনা পোৎ-ফাবা

অপুনবগী পাঙ্গলনা পোৎ-থাংবা
কান্নবনি চুন্নবনি তশেংলবনি ।
ঙসিসে ঙরাংগীদি হয়েংনি,
হয়েংসি হংচিৎকিদি ঙরাংনি
নহালগী মমাংদুদি হিষ্টরিনি
হিষ্টরি ইবদা ময়েক চুমহল্লু
ঝারৌনরক্কনি তুংগী মীরোলনা
ঙসি নখোয়না খোয়শাওনবগুম ।

২৬-১০-০৩

## (১৯)
## হৈজুগ্রাং

হৈজুগ্রাংবু অচাপোৎনি চাগদৌ শরুক
মতমসিগী ওফিসতা ফাইল তান্নজগে
ফোরেন চৎগ্রসু ঙাইগনি
ছুটি লৌগ্রসু ঙাইগনি
ওফিস কারকপা ঙাইগনি ।
ওফিস কারক্লগা হায়গনি
লোয়শিনবীরো ফাইলদো সার
য়াদ্রগদি গান্ধি তাক্কনি
থিনা ফুহনগনি মপুক্তুদা
ফাইল লোৎপা পুকনোইদো
পীখৎলম্বা ফাইল মঙোন্দা
ঝাকৎ অমা য়াওবা ফাইল
তাকপীরকপা মানা ঐঙোন্দা

হয়েং লাকউ ইবুংঙো
হয়েং হৌখ্রে খঙহৌদনা
ছুটিগী মথংদা ছুটি লৈখিবদে
চৎপ্রে হংচিংসু খঙহৌদনা
ঙাইরকপনি ঝাকৎতুগী পাউখুম ।
লোইখ্রে থাবুম অমসু
হৌখ্রে চহি অমসু
মাংহনবীখ্রে তাংলবা মতম
মতমগী মমল কাওথোকখ্রবা মখোয়না
হৈজুগ্রাং চারম্মসু পুক থল্লনি ।
ঝাখলশিংসিসু পোক্লম্লোই ঙসি
মথৌ খংনা তৌবীরম্লবদি ।

২-১১-০৩

## (২০)
## লুংনিলা ইলিজাবেথ

মপুগী তাইবং লৈকোনসিদা,
ঈশ্বর মানা পীরকপা খুদোল,
কাংখুলদগী লিখৎলকপদা ঙাইরিবী
তাইবংগী অখাবা অথুম্বা খংদ্রিবী,
লৈরাংগী লৈনা সুনা পান্দ্রিবী,
তাইবংগী মীরোল সুদ্রিবী,
তাইবং চীঙ্গাক সুনা চাখিদ্রিবী,
লাইর-অনং খংদ্রিবী,
চেংলৌ শক্লসু হেল্লিবী,

হাদা ইমোম ইলিজাবেথ ।
নঙদি খংলিদ্রা খঙদে,
নঙবু নোংলৈনা হুমখিবা
পাউদুনা হেক তাবদ
নঙবু পোকপী পলেম্মা,
পলেম লিশিং-লিশিংনা,
নবুং-নৌপ্পা কয়ানা,
নচেমহন কয়া অমনা,
নপু-নবেন খ্বায় খিবীক্লা,
অয়ুক স্কুল কানরকপদা,
নুংথিল স্কুল হন্নরকপদ
নুমিদাং চারা তম্নরমদাইদা,
নঙতবু নিংশিং নিংশিংদুনা,
মীৎলু পীবাং পীবোইনখিবা,
নঙবু খঙলি উবিদ্রা ?
নঙতগী কোঙ্গুল লিবদা,
পুঙ-ঝান মোইবুং খোংদুনা,
খ্বায পূম্বা নিল্লক্লবদা,
নঙদি নিংঙাইবা লৈতনা
অরোইবা শ্বব হোনখ্রবোই ।
নুমিৎনা কোকতোন কারমদাই,
কাংসিগী মখোলনা নিল্লকপা,
করিবু থোক্লগবা মিপাইখিবা,
মীৎকুপ খর লৈরগা,
নঙগী নপাউ পুরকখিবা,
চিনি চম্প্রাগী লৈনাগুম,
কোগোন্না নিংঙাইদনা য়াতারম্বী ।
পম্বৈগী শঙ্গায় অনানবা,
পামজদে মতাগুম নঙদি

বোবাখাওদুদা লমহাংদুদা !
নঙগী পুকচেল খংদবনা
পলেম-পম্প্লৌ লিশিং-লিশিংনা,
তেংথাবি নঙগীদমক তেংথাবি ।
চহিগী তাঙ্কক খায়দনা,
জাংকি খেন্নবা লৈহন্দ্রবী ।
নঙগী অশেংবা থৱায় মীবেলনা
তেংথা খোম্থাংসিনা লোইদ্রিঙৈ,
ফত্রবা শকখঙদবা সৈতানশিংদো,
অঙাংগী নুমিৎ মাংওইননা
অঙাংবু তমথিনা নৈহৎখিবা
লমন্নী হাযনা খুন্নুদ্রবসু,
পম্প্লৌ মানা পামজদবা ।
দন্দিদি পীবকউকো নঙনা,
লাইবমলেনদুদগী ।

১৬-১১-০৩

## (২১)
## কুচু মুজরসু

কুচুসু মুই কৃষ্ণদো,
ননি মাখলসু হুবাল্লিদো,
বাধাগী থম্মোযসু হুবাল্লিদো,
মীবৈহৎ কংসবুদি হাংতোকই,
ফৎতবা হাযবদুদি লৈহন্দে ।
ইনখৎলকপী লৈশাবীসু নত্তে,
নত্তে লুখ্রা ওইববসু,
বাধা হায়বী ইবেম্মদো ।

চাও হুরাল্লগা চাও,
চাম্মগী মনুংদা খরদি,
হুমাংমনগীদমক নবুদ্ধি নরাইবক্কী,
মাপলদি কল্লু মীয়ামগী,
পুমলং লংগনি লমদমসে,
মহৌশাগী লংদুনা লৈজরম্বা,
সনাগী লৈবাক্লি সনাগী ।

নখুৎতা তারে মতাগুম
য়োং তনয়েনবগী থৌদৌদা,
অয়াম্বা শরুক্লা শরুক্তা,
রাধা নত্তববু রাধা শাহল্লদি
পুংলোন চারোই জগোয়গী
ভাবোক লাংঙক্কনি শোয়দনা
লাওরক্কনি শাওনা মীয়াম্না
লীলাগী ফম্বাক কাইথরকখিগনি
তোয়না য়াম্না তোয়না ।
শোন্নরি রাধা-কৃষ্ণবুদি
কুচু মুজরবসু হুরাল্লসু ।

২৩-১১-০৩

# (২২)
## নিঙশিংলুবদা

পুন্সিগী অঙনবা শরুকশিংদা,
শাথেংনরকখিবশিং,
ঙসিদি নিঙশিংলুবদা পুক্লিংসে,
য়াম্না নুংশিরকই ।
নিঙশিংলুবা খুদিং কপ্লিংলকই ।
হৌখিবগী নুংওনবা ঙসিতা
খঙলকই ।

নিঙশিংবা নঙনা মবৈবমদ্রবা,
পূম্নমকসে খরসু মফরমগদবনি ।
খোঙফম অমা শোইখিবদৈ,
ঙসিদি নিঙশিংবা নঙনা,
মথং-মথং লাক্লেদো ।
পুন্সি লম্বী চৎলিবশিং,
নুংশিবক্তনব পুক্লিং ঐগুম,
খোঙফম চেৎনা থাবীহৌ,
মীৎয়েং শান্না থম্বীহৌ,
ব্রাখল পুক্লিং ব্রাবকপীহৌ,
নিংঙমদবা লাক্লোই কৈদৌঙৈ,
নিঙশিংলুবদা ।

৭-১২-০৩

## (২৩)
## লান্না লমজিংবীগনু

ঐ অমম্বদা চৎলোই,
ঐ অমম্বা কিজে ।
ঐ অঙানবদা চৎকনি,
ঐ অঙানবদা কিদে ।
ঐবু লান্না লমজিংবীগনু,
ঐবু লান্না লমজিংবিরবদি
নঙ দষ পুগনি ।
দষ করিনো কোন্না খঙলক্কনি ।

৮-২-০৪

## (২৪)
## সরকাস তৌবা তাই

অঙকপা নত্তে তাইবংদা,
অফোংবদ পাখোং তৌবনি,
শৈরেংবা নঙগী শৈবেং,
শৈরাংবা নঙগী শৈথাবোল ।
শিৎতোকখ্রবা তিল্লাং হঞ্জিনহৈদবা,
ঐসু খঙই চপ-চানা,
পুম্নমক্কা খঙনবা খঙনলোলনি ।
কাপথোকখ্রবা শাইরোংগী মক,
হল্লকপগী ওইথোক্কবা,
পুম্নমক চপ-চানা খঙই ।

লুরিবা ব্রাহংদি -
সরকাস তৌরিবদুদি ।
অরোংবা তাজিন্দুনা নোংথক্তা,
চুম্না তাহল্লগনা,
ফংগনি মীয়ামগী খুবাক,
পোবোক পোরোক খুবা ।
শোযব শোক্লগা শোয়নায়রদি
মাংজবনো কনাগী ?
খুবাক মখোল ফংনবা
শোকপগী চৈনা ফংদনবা
সবকাস তৌবা তাই ।

৪-১-০৪

## (২৫)
## মতমদো ওইহন্নিঙলেদা

নাপংবগী ঈমুং অদুদা
খোঞ্জেল কন্ন-কন্ন ঙাংনৈ
তাদবা মাদি নাচুংবীদে
মীনা ঙাংনবা খুদিং ।

কাও থাববা ষন্দুনা
ব্রাইশিল্লি থেংজিল্লি নমথেকই
থিংবীনবা লৈতে থৌশাবীদে ।
চৈনা ফংদবদি নত্তে
কাও থারবা ষন্দুনা ব্রাইবদা
নমদুনা মুন্দুনা চাখিবদা ।

মাবু ঙন্বা থেংনরদি
কিবনা নিক্লবা হুইদুনা
মমৈ লোৎশিন্দুনা চৎলি ।
হুই মনাদা থৌরি পুনবা
অরাইবা থবক্তী নত্তে
চুন্নিবা মমৈদু ঙাইহাক্কীনি
হুই মমৈনা খক চুপ্লোই ।
থেক্কৎলগা কোনবা মমৈদুনা চুন্নবা
মনাদা থৌরি পুনবা হৈরদি
শোয়দনা দাও য়ারনি
চাকহোং ঙাহোংলনি
পুকচেল খোয়জেল তিন্নরনি
কৈদৌঙৈনো মতমদো লাক্কদবা ?

১৫-২-০৪

## (২৬)
## চোয়জাইনরবা শন্নাং

খুৎ নাম্মদা থাংশাং,
খুৎ নাম্মদা চুঙ্গোয়,
কোক্তা কোকয়েৎ,
খদাংদ খদাংচেৎ,
খ্বাংদা খ্বাংচেৎ,
খুবোমদ খুবোময়াই,
চোংবদ কৈজেংলাং,
চেনবদ শজি খুরাংয়াই,

চেনজোং মাংজোং,
থাংলোন তা-খৌশারোল,
পুন্নমক্তা লোয়নমক্তা,
থৌনা ফবা মচানি,
লিংজেল লৈবা সুরোলনি ।
মীরৈহৎকী মীথিনগায়দ,
পংথদুনা থমাইনরিঙে,
পৎপনা হানখিদৌরি
পুংপৎ পৎখিদৌরে
চেংলৌ লৌসিনবা ঙমদনা ।
পৎলবসু পুন্নবসু,
নমথিবা মনমনা চেল্লবসু,
খোমগৎপা তাই,
চোয়জাইনরবা সম্লাংদি,
পৎনাইদবনি চোয়জাইনরসু

১৪-৩-০৪

## (২৭)
## ফোটো 'মদা

মোমোলত নোকচবী মাইথোংদুদা,
নোংমতসু অশাওবা উৎখিদে ।
মোং হাদবী নতৌদুনা,
অশাবা মুর্ত্তি পাংখল্লবী ।
হোয়সু হায়দে নোংমতসু,
মাইসু হায়দে নোংমতসু,
তশেংনমক অশাবা মর্ত্তিরা ?

করি মতৌনো নঙনা উৎলিবা,
করি ৱাহংনো নঙনা হংলিবা
করি পাখোংনো নঙনা চল্লীবা ?
ওইনিংবতা ওইনা উহনবা,
মোনালিশারনে নঙবো ?
ৱাহং চাম্মা চাম্মা পুরিবী,
য়াম্না মরৌ লৈবী নঙসে,
য়াম্না মরৌ লৈবী নঙসে,
য়াম্না ফত্তে, নুংশি খঙদে,
হায়রক্লবসু লেপ্তুনা খোম্থাং য়েনা,
শাওররোইদ্রা নঙনা শুংসাও ।
তশেংনা ওল্লগেরা,
অশাবা শক্তম নুংগী মুর্ত্তি ?
অদুবু ঐদি ঙক্লি ঙসিসু
নঙনা হায়বম্বশিং নিংশিংলূবগা
কমদৌরি নুংঙাইবিদনা তাইবংসিদা ?
নুংঙাইবতনা নশকক ওইযুকো ।

৬-৪-০৪

## (২৮)
## মতমদুনা য়ৌদ্রিঙৈ

কোরৌগী মেঙলবা মশেক্লা,
মালেমসিদা খোঙদারকপা ।
ঙ্রা ঙ্রাননবা মচুনা লৈতেংলবী,
হে অয়ুক কৌবী লাইরেম্বী,
নঙগী নীংথিরবী নতম্বাক ।
চেঙহী উত্তি ঈরুজ

লৈজবা ফিশেং শেংচিনজ
লৈবাং খূজোক লৈথিজ
থম্মো শেংনা খুকমজৈ
হে তাইবং মপু নঙোন্দা
নখুযাদা কত্তুনা থৌনিজরি ।
লেপহনবিরোগব মীকপ মীরাওখোন
তৈথোকপিবোগবা মিংলু পিরাঙ ।
থম্মোয়না থম্মোযগী ব্রাকৎ
তাহনবিবোগবা তাইওন্নবা লৈতনা
মমি শান্নবী থবাইশিংগী ব্রাকৎ ।
নাথৈবীখ্রবদি থয়াইননা
ঙাকপিবোই তাইবং কনানা,
থেমজিনবা ঙল্লোই মতমদুদা
খোযশাওনববা থম্মোযশিংগী থৌওং
প্রলযগী মৈবীনা মৈব্রাযবক্কনি
মথক মখা ওল্লক্কনি সিংহাসন ।
মতমদুনা যৌদ্রিঙৈ,
পূম্নমক শীল্লিবা নঙোন্দা,
থৌনিজবি থৌজালগী থৌনা
মফম, মতম, মতাং খঙনা
কনবিযুকো নঙনা কনবিযুকো ।

৬-৪-০৪

## (২৯)
# ব্বারমগনিকো

তান্নবনি মাবু ফানবা,
চেনবনি মানা নাম্থোক্লবা
খুদোংথিবা নাম্থোকখ্রে মাগীদি,
নিঙবা কায়হৌরে ঐগীদি,
মা ঐগী মরক্তা চিংখায়নবনি ।

জর-জর চেনখৎলগা
খঙহৌদনা নাম্থুরকখিবনি
মতমদুদা মায়কৈ মরিদা য়েংলুই
মাংদা মানা শ্বর থবেৎ-থবেৎ,
অশাংবা শ্বর অমা হোন্দোকই,
কয়াদা নুংঙাইরমগনি মাদি ।

য়েৎলোমদা পুমঙক ঙক্লে,
ওইরোমদা পুমঙাও ঙাওনৈ,
তুংলোমদা পুংপা পাখৎনৈ,
মা ঐগী ঐখোয়নিগী কুম্মোদা ।
লাই ওইবা য়াম্না ব্বারমগনি
মানা ফাবিনু খুরুম্লগনি
ঐনা ফাবা ঙমবীয়ু খুরুমই ।

অনাবা কনানা শিহনবিনু
লাইরবা কনানা নুংঙাইহনবীয়ু

শকথিবনা শক ফজহনবীয়ু
কববাৱালানা মখোয়গী শেন্দোংগীদমক
যাংগংবনা মাবু নোয়হনবীনবগীদমক
অনোয়বনা কংহনবীয়ুকো
ময়ামসিগী ৱাকং তাবদা
শোযদনমক চোকথববগনি মাদি
লাই ওইবা যাম্না ৱাবমগনি ।

১১-৭-০৪

## (৩০)
## থেংনরকখিবনি

ৱাহৈশিংদুগী অর্থ খঙখিদে ।
খঙনবা হোৎনকব্বদা অৱাবনি,
যুমদা হল্লকপা তাখি,
হনসু হনলকখি যুমদা ।
সি নখোযগী ইম্ফাল নত্তে,
দিমাপুবনি-দিমাপুব ।
সি নখোযগী মণিপুব নত্তে,
নাগালেন্দনি-নাগালেন্দ ।

বোম্বেদা অমুক চৎলুবদা,
সি নখোযগী ইম্ফাল নত্তে,
মহাবাষ্ট্রগী বোম্বেনি ।

সি নখোযগী মণিপুব নত্তে,
ইন্দিযা থাক্লিবা মুম্বাই সহবনি ।
উবিগনি নঙগী নমিৎনা
বোম্বে লোকেন ট্রেনগী ফিভম,
মীনা চিক্ক চাইন ঙমদবা,
মী লাক্ষ কয়াগী ঈচাও,
তাদুনা শিজহৌবদা অমা,
ব্লাকনিংঙাই লৈতে মাগীদমক,
কল্লবনি মী অমগী চাকথুং ।
মফমদুগী ব্লাখল ঙক্কবা ঙমদে,
মখায অমগী মগুণ চাওহৌই,
কযাদা খেন্নখ্রবা ব্লাখল !
নহৈ তল্লবো লাও যাই ,
নপৈশা পুবকউ নযুমদগী,
পৈশাদি শোযদনা থনম্মু লমদমসিদা ।
থবক তৌবসু যাই লমদমসিদা
হিংনবখক্কী চাবা তাই
নযুমদা পৈশাদি থাদোকখিবা যাবোই
লমদমসিদগী কোৎথোকখিবা যাবোই
হাযদোক্লিংদবা লুচিংবা অমনা হাযবনি ॥

১১-৭-০৪

## (৩১)
# ঙসিমক

চাক্লিবা লৈত্রবা লমদমসিদা
ফিনিবসু লৈতে লমদমসিদা
লুপা অনিগী মগুণনি খঙদে ।

শেৎতোক চাথোবকপা খুদিং,
লাক্ষপতি ক্রোবপতি ঙাক্তনি ।
মীনা মীবু উশিৎনদে
মকোক লোযনা ওইনিংই
মকোক ওইবদি হৈতে ।

হাদ লুচিং পুবেলও,
নঙবু কৈদৌঙৈ লাক্কনি ।
শোযদনা খেৎনবক্কদবা মতমদুদা
লুচিং পুবেল ওইবিবগদবা
অঙম অঙম্বা শেৎতুনা চাববদা
অঙম্বনা মপূ ওইহৌবগদবা

খেৎনবা লৈত্রবা লমদমদুদা
অশিবা হাযবা লমদমদুদা
যৌদ্রিঙৈ, নোংমদি শোযবোই
মপূ-মনাই, মকোক-মথং,
মতমদুদা শোযদনা ঈংগনি
থকসি-খাসি, ইথক-ইখা
মযেক শেংনা খঙলবা মতমদুদা
মতমদো লাকহন্নীংলেদা ঙসিমক

৪-৭-০৪

## (৩২)
# পাউজেল চেদা

হে পাউজেল চে নুংশিরবী
থাগৎচরি নঙবু হন্না হন্না ।
কন্না মতান্নরক্লবদা অয়ুক মানা
কিদুনা চেনখ্রবী তমথিরবী অহিং,
মখোয়নীগী লমদাই পুংফমদা,
মখোয়নীগী লান উবদা কিববী,
কিবনা নিক্লবী নশাদু থুপচিনজ
য়াহৌ থেঙবা লাইববগী থোঙ্গালদা
পাউদমগে তুফক্লনা ঙাইবম্বী,
হে পাউজেল চে নুংশিববী
থাগৎচরি নঙবু হন্না হন্না ।
তল্লোনে নপাউদো চেনা থন্না,
পুবক্কনু য়াওরক্কনু তাঙমদবা পাউ
মৈগী চীং পোকখাইবগী,
জুন ১৮ চেম্পুরকপগী
পলেম পল্লৌদগী থাশেংন মুনখিবা,
বোরাখাওদা নম লমহাংদা হুন্দোক
চিনি চম্প্রাগী লৈনাগুম কোনগোন ।
খুদক্তা কার্ফিয়ুগী পাউজেল অঙম্বগী
অরাপ্পগী বস ফানবা হোৎনবদা
ইম্ফাল সহর ময়াই চবুক্তা,
খ্বাংচেৎ তাহৌবী, পীরাংনা য়োমখিবী ।
মরিংজেল মথৌনা, মশিংখানা মাংওইনবী,
ব্রাকৎলিবী নাপংবশিংগী মফমদা,
তল্লোনে নপাউদো চেনা থন্না ।

খণ্ডদ্রিবা, উদ্রিবা, তাদ্রিবা, থেংনদ্রিবা
অণ্ডকপা কয়া পুরকতুনা খুবাম থন্না,
অখংবৈ পুক্কৈদগী খায় খায়দুনা ।
মশকসু শকখণ্ডনদ্রিবা কয়াগী মপাওখোল,
মখোঞ্জেনসু তাখিদ্রিবী কয়াদুগী পাউদম
পুবক্তুনা সাহিত্যনা খণ্ডনহল্লো লাপ্পরবসু,
ঐগী পাউজেলসু তম্বীরম্মু মখোয়দা ।
নঙগী লৈকোন লৈচু শুনা শাৎ,
নিংথিরবা মীসুমহৎলবা লৈনমশিং,
ভক্তা কনানা য়েন্দাই থন্ন হাপ,
এরোপ্লেন তোংহন্দুনা কৎলুরসনু
আসামগী মা-ক্যামখিয়া মন্দির,
বেঙ্গোলগী জয় দুর্গা মাটা মন্দির
ওবিষাগী শ্রী শ্রী জগনাথ মন্দির
কাশ্মিরগী ওঁ-অমরনাথ মন্দির,
পঞ্জাবকী গোল্ডন টেম্পল,
মহারাষ্ট্রগী গন্নাপতি, দসহারা
খারোমগী টিরুপতি মন্দিব.
দিল্লিগী পার্লিযামেন্ট অনীমক ।
জগোই-ঈশৈ-লিলা-দ্রমা,
শান্নবুংদা শাথেংনবদা সাহিত্য,
অৱাং নোংপোক ভারক্তা মণিপুর,
কখোকপদা, মীনুংশিদা মরিংজেন্দা
অৱাংপা লৈতে উংথোকপীয়ু
হে পাউজেল চে নুংশিরবী
থাগৎচরি নংবু হন্না হন্না ।।

২৫-৭-০৪

## (৩৩)
## খঙদে

অকেনবা উনাগী মখাদা,
হিংলিবা ঐখোয়গী পুন্সি,
খঙদে !
করম্বা মতমদা নোংলৈ নুংশিৎ
হুমদোক্লদুনা সংসারসে উগদবা
খঙদে !
মরুভুমিদা ঈশিংখোংগী আশা,
খঙদে !
হুমাংসিনা খৌবাংবা কোন্নবগদ্রা,
চোকথরেদা থব্রায হকচাংসে
খঙদে !
লৈচিলনা খুমলিবা মন্নবা নুমিৎ,
কৈদৌঙৈ থাবগদবা নঙগী গ্রহন,
কৈদৌঙৈ উগদবা শংবান্নবা অতিযা

১-৮-০৪

## (৩৪)
## আগষ্ট থাদা

লাক্লববা নঙ, আগষ্ট থা,
অমুক হন্না ঙসিসু হন্না,
খঙনজবনি নঙবুদি পোক্লফম লমদমসিন,
থব্রান লাংবন অরাং অশা থা ।
মরমদমদা নুমিৎ তাবা লৈখিদ্রবা,
মলেস মচা অঙৌবা ফিবিংগিশিং,

লিংখৎলম্মী মহৈ লোয়শঙ শিন্দমশঙ ,
তুংগীদমক খল্লগা লমদমসিদা ।
শেমলম্মী অনানবা সডক অকনবা,
মতাইদা থাবম্মী কৌবিলিয়া পাম্বী পবেং,
উকমগী লৈতেং শেমদুনা নম্ববসু থাই
শাবম্মী ফজববা যুম বঙ্গলোশিং
লৈহৌবিবা অমনবশিং খুদোল ওইনা,
মল্লবসু অদুম্মক মফজবি ।

মখোয ফাওবা পামদদুনা তানখি ,
অঙৌবা খাংবা ঙমদদুনা চেনখি
লৈবাক মীযামগী খোল্লাওদুদা ইবোইনখি ।
কোইবেং, থাঙ্গাল শংলিংবনচিংবা অথৌবশিং ।
শামাংদা অঙৌবা মকোক কেনখি ।
অওক অথোমগী ফিবুল থোম্বীদা
শেমখিবা থৌবিগী কোঙ্গোয ফাঁসিগী
নঙগী থানুংমক্তদনি ।

লাক্লববা নঙ অমুক হন্না,
ঙসিনা টিযাব গ্যাস, ববব বুলেট,
কার্ফিযু, তমথিববা বি পি পুবদুনা
তৌজনুকো নঙ হাযবিদে হাযনি ।

৮-৮-০৪

## (৩৫)
# মীকিথি

ফত্তবত তৌবা খূৎ ওয়,
অমোৎপা পায়বা খূৎ ওয়,
অমুক মবৈমদ্রবা নঙ কমদৌবা,
ব্রাহংফম অমা থোকই ।
অদুনা ককথৎলগদি হৃন্দোক্লদে ।

ফত্তবতা ওইনা মখন্নবিবা,
অশোয়বতা ওইনা মউবিবা,
অমুক মবৈবমদ্রবা মখোয কমদৌবা,
ব্রাহংফম থোক্তবা ।

মুল্লক্লিবসি নখেযনা থোকহনবনি,
ফৎলক্ত্রিবসি নখোযনা শেমজবনি,
হমাংমল খঙনা নথৌতমক তৌবল্লবদি
লাক্লোই মখোয ননাক্তা তমথিনা
নখোয়না কিবিবদু নঙনা ফৎলুদবননি
ফৌমাং য়াওরদি খন্দোকসি খুদক্তা ।
নবমচৎনা মীকিথি ওইজবনি ।

লোইরুরবদি চীক্কনবা হূই অঙাওবা
মপূ মীব্রা তাজবা তাবনি
মপূ ঙকচাও থেক্লদি,
কোয়তান তান্নরকপা য়াই চৈতৃপ্না ।

২২-৮-০৪

## (৩৬)

# ইতিহাস পুবী আগষ্ট

হৈনিংলগা কৈমাং হিপ্পা,
হৈনিংদ্রগা মৈ ঈশিং চংদবা
জাৎ-বিজাৎ কুচু খায়বা,
নত্তে নহাক্তি মদুগুম্বা পোংশক ।

লাইর-অনং অথিবা-ফজবা,
জাৎ-বিজাৎ ধর্ম্ম খুদিং,
মান্ননা য়েংবা ঙম্বা পুম্নমক্তা
মতম কৌবীনি মাদি মতম,
পোখাবা হৈজদবী নাপল য়াওজদবী ।

হে মতম কৌবী পোখাহৈতবী,
চৎখি নঙনা শাহুম চাওনা,
থম্নম্মী নঙগী কোঙ্গুল মুৎনাইদনা,
নঙগী মুৎনাইদ্রবা খোঙ্গুলবু,
কৌবি ঐখোয়না ইতিহাস ।

আগষ্ট থাগী তরুক্তি চনবা নুমিৎ,
জপানগী লৈমায়দ তাখিবা,
হে তমথিববসু এটোম বোম,
নঙনা মরম ওইদুনা ঙসি,
শক্তাক্লি জপানবু পৃথিবীদা ।

আগষ্ট থাগী তরাহুমদোই
নঙগী নরাইবক্তী ওম্ভোক্লা থিপ্রেদা,
মীরোন্দা ঈশৈ শক্লগা,

জগোয বাসনা কৈদৌরুনি ?
ময়না তেনবা মীবোন থোকপীগুম
লেংলায় থুংদুনা হয়িং ইনগদৌ শকক
থাদরক্লো এটোম বোম
জপানগুম ইহৌরসনু ইতিহাস ।

কবো তম্পাক্কী পুক্লিং নুংশিবিঙৈ,
শিরোই লিল্লিগী মীপায়বা কোক্ত্রিঙৈ,
জুকো ভেল্লিগী কোম্থাং লোইদ্রিঙৈ
মোলচামদা অমুক সেনবুং যৈবক্লববা ?

পুম্নমকসে তাদ-উদনা পোত্থাজখ্রগে,
থাদবিরক্লো এটোম বোম
ইতিহাস পুবী আগষ্ট থাদা,
হাপকৎলসনু অনৌবা ইতিহাস ।

১৫-৮-০৪

## (৩৭)
## দুর্যোদ্ধন শাবদা

পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাওবা,
দিমোক্রেসি চৎপা লৈবাক্তি হায়নৈ।
মসিদি দিমোক্রেসি নত্তে,
দেমোন কস্ত্রিনি ধৃষ্টরাষ্ট্রগী সাসননি।
দুর্যোদ্ধন শাবা মাল্লীকো নঙসে ,
লিলগুম নরৈ অনি লোংদুনা ঙাংবদি,
অনিশুবা মহাভারত অমা থোকহল্লগেরা ?

কালু নিংথৌ শাবসু মাল্লিকো,
ইম্ফাল তুরেলবু গঙ্গা তোর্ব্বান ওম্বোল্লুবা ।
খুংসুমন্দা পোংলোইবা হরিশ্চন্দ্র শাবশিং
নখোয়না পোংলোইহরিবদু নচানুপা রুহিদাসনি ।

করি মতৌনো চায়াম পোকপা,
নচাবু কপ্পগা থেম্বীগেদি হায়দ্রদুনা
চৈরোং মানবা, খৈনি নোয়বা নখুত্তুনা
চবাক-চবাক, নমথা থাজিল্লিবদি
অনিশুবা মহাভারত অমা থোকহল্লগেরা ?

১৯-৮-০৪

## (৩৮)
## খল্লুবদা

ঙরাং অহিংদগী লাকপনি
ঙসিগী য়াইফরবা নুমিৎসিদা,
হয়েংগী আশা কয়া পুরদুনা
লমথুংফমদি ওখাক তাল্লিদকো,
চোকথবনদি তুগদৌরে ইশাসে ।

খল্লুবদা তুজুংবা ফাওই
লেমহৌরিবা পুন্সি অসিগীদমক
হৌখ্রবা পুন্সিনা তাক্লকপা,
অহৌবা লৈখিবনা অরোইবসু লাকখিনি,
খল্লুবদা মদুগীদমক খোইরাংলকই ।

হংখিবনি লম্বী খঙদগীদমক,
তাক্লমদবনি থম্মোয় শেংদবদুনা,
মপুকচেল পীকমনখিবদগী,
পুন্না হিংমিন্নবা পামদবদগী ।

৫-৯-০৪

## (৩৯)
## পেম্ফোকপা তাবরা

উবতনা মথৌ ওইরবা মিংনা,
মাগা খ্বাইদগী নক্লবা,
পাবুদি উবা ফংজদে ।

থাদোক্লবা লৈতনা লোযনবিবা
খ্বাইদগী নক্লবা মকপ্লিদি হাযববু
খুবাক্কা খুনমগা পুকচেল মান্নদে

শেনয়েক্কী শেনমায় অনি,
নক্লজবতনি, উন্নবা খক লৈতে ।

মীৎকুপ অমা থাদোক্লদবা,
থব্রায়গা মীরেনগা,
করিগী অমম্বদা মাঙখ্রিবা,
ইথন্তা খল্লি ব্রাহংসু হংলি ?

৫-৯-০৪

# (৪০)
# লৈবগে কদায়দা

লৈবগে কদায়দা
ইমা নঙগী নতম্বাক্তা নত্তনা ?
পম্থৌ ইংখোন চাউকোয়নুং
ঈমায় থন্না য়োক্লীবা
লুরবা লাইজ ঈমায়থক
ফুগায়না শাৎপা অঙৌবা অঙাংবা
থম্বাল চাম্মা সুপ্পা নিপাল ।
থারিকথা থরোশংবী থরোঙাংবী
মরক খায়না শান্নজবা
ঈশিং মপি য়োং খজিং
লৈবগে কাদায়দা
ইমা নঙগী নতম্বাক্তা নত্তনা ?
মতা ফবা শনৈবীগী থোঙ্গ্রাদৈ
লাকখৎচবা লাইজনা
লাইজ ঈপাল লাং
ফিশেং ফিরোল হোঙ
কোক্তা খুদৈমতেক কোকখুমজবা
অরংবা সনাবুলনা শেগাদা লৈতেং
কাখৎলকপ্রবদা
চাইথরুরে খংনা খুদম
নাতোন্দা চন্দনগী শ্রী ।
পম্থৌ মকুবোক উরগা
ফিজি খোম্না চৎচবী,
মতৈ ইবুংঙো উরগা

ফিনা খোম্না চৎচবী,
নিংদু খুবোম উৎতবী,
কোক্তা ফিবু ফিগুম্বী,
লৈবগে কদায়দা
ইমা নওগী নতম্বাক্তা নত্তনা ?
লাইবক্কী অঙাংবা সিন্দুরদগী হেনবা
লৈজৈ ঐখোয়গীসু চৎনবী
লৈশারিঙে লুমাং শায়কক্লবী
শম্বুল ফিদোল শমজিরৈ
নাচোম নায়িল নারাওবী
মতম্না ফনা হোংহন্দুনসু
মাংদ্রিনে ইমা চৎনবী ।
হাৎলগদবা মবৈরবদসু যেক্লবা,
কয়াদা মেঙলবা ঋাহৈনো ?
খুৎসু থাংলেন্না থৌগল ফংজগে ।
লৈবগে কদায়দা
অসিগুম্লবা থৌগল্লোল ?
চীংদা কাদুনা শিংজনবা,
পাৎতা কুমদুনা লোংখোনবী,
অফংবা খর সুরগা অফংবা চাজবা ।
অসুক ইংনা লৈজবম্বা,
ইমা নওগী নতম্বাক,
ঈপাল থাদা লোইবী চীংজুমনা
খোংজেন কন্না চেম্থরক্লবদা
অঙাওবা ঈরৈ পুরদুনা
তম্পাক লমগী তুরেল তোর্ব্বান্না
খংহৌদনা অহিংদ নিংখায়রকপা

লৈবগে কদায়দা ?
তাওবা হুইফাওবা পোৎলোয়রম্বা
মীনুংশি চাওবা পুকচেলদো
লৈবগে কদায়দা
মীনা মীবু ওৎলক্লবা,
মীনা মীগী খল্লকত্রবা,
কোক্তা কোকসেৎ,
খ্বাংদা খ্বাংচেৎ মচি লাং,
খুৎতা মৈরা পায়দুনা,
অহিং মিশেন খাংখিবী,
লৈবাক্কী অরুবা তানফমদা,
মাংজিন থানা লেপখিবী
খুৎতা ফিশাতেম পায়দুনা
শাথেং লানথেংনখিবী
লৈবগে কদায়দা ?
হিরুবাক্তা লিরুংগুম,
থৌরি য়াওদ পৌরানা,
লেমলৈ ঙাফা তন্নীবী,
পুন্সি চেংজেল পুরিবী ।
লৈবগে কদায়দা
শড়ক কৈথেলসু মীঙ্গৌবী লমশাংও,
লাইতং লিকখায় ওন্না শংবায়,
ফৌবু তাইনা ব্রান্নফম ।
হায়গৎলকপা ইরোইসেনবা চীংজিন্দা
চীংগী হরি মানা খোংজবা,
পৃথিবীদ ফংদ শঙাইনা শান্নজফম
লৈবগে কদায়দা
ইমা নঙগী নতম্বাক্তা নত্তনা ?

## (৪১)
# শাক্কিনা হায়বনি

শাক্কি লৈতবদগী
জবান শোনবদগী
মীচং ৱাংপদগী
অচুম্বসে ইচুমদ চুন্নবা
উপায় লৈত লালহল্লি
আইনগী থোঙদা হুলান্দুনা ।

মীয়াম তিনবা মীবক
লুহোংবৈ মাগুব ময়াই
খোঙ্গোয়নবীবা নুপা নুপী অনিনবু
শাক্কি নত্তে হেক্তা হাযসিবা ?

খুদাংদা শিবা ঘডিগুম,
খ্বাংদা শিবা যন্ত্রগুম,
শাক্কিবু কোয়পু পুদুনা চংকদ্রা ?

যাত্রা হুনবা অনানবা ৱাশক,
লৈরম্বা মুখৎপা য়েন্নথোকপা,
হায়বগা তৌথোরকপগা মান্নদবা,
শাক্কি চফু লেংবানদা থম ।
মমীৎ মনা তথক তথক
চৈতুপও-উতুপও-নোংমৈও,
গাড়ী পরেং লুহোংবগুম,
শাক্কি কোয়পু পুদুনা চংপা,
কাংবু অমদি লৈয়ে ।

তারগা মখোয় শাওবদি য়াই,
ব্রং লাওনা, শাওনিংঙাইদি ওয়দে
শাক্কিনা হায়বনি ঈশিং
তাবদা  নোংনা খজিক্তং থুম্বা
শাবা লোয়দনা মল্লবা কৈনোশিং,
সমুদ্রদা শারফাও লোইরদৌবা ।

মথোং হুক্তিবা ইলেক্ট্রিক,
লম্বী শড়ক ইকাইনিংঙাই কোমজাও,
য়েংউ খুদিং অৱাংপা ঙাক্তা ।

মবাঙ কায়রে অমুরাঙবদি,
মুকথ্রুবী পাইগুম্লে, ফিজি কোমফদে
শাক্কিনা হায়বনি ।

১২-৯-০৪

## (৪২)
## করিগী

অতিয়াসে শংবান্নবা মচুনা লৈতেংলম্বা
করিগী মমশিল্লি থাসিগী অহিংগুম
করিগী চুথরক্লিবা মংলম্বা নোংনা
মঙালনা চৎখ্রবা মতুং
করিগী মখোলনা তপ্পা লাক্লিবা
করিগীনো লৈচিন্না ওন্নিংবত ওল্লিবা ?
করিগী পোখায়রক্লি মৈগী চীংনা

করিগীনো মাংখ্রিবা চুমথাং নঙনা
নিংশিংনবগীদমক থৌ থোক্লিবরা
লাংদ্রুবী, মুকথ্রুবী, পুম্নমক
নঙনা সেল্লিবা খুৎশেল্লা ?
কয়া অমসু লৈরিয়ে
হংলকখিগে মথং মথং
হংখিনি ঐদি মথং মথং ।

১২-৯-০৪

## (৪৩)
## অরোৎপদুনা হেল্লী খঙনিঙবা

লৈশিংগী মবক্তগী থম্বাল
করিগীনো নঙনা অসুক ফজবিবা
অদুগা কবিগীনো ইবোন্নুংদা হৌবল্লীবা ?

লৈনমশিংগী মরক্তগী চিনিচমপ্রা
করিগীনো নঙনা পুক্লিং হুহল্লীবা
অদুগা কবিগীনো কোচি পাল্লম্লীবা ?

অতরগুলাপ নঙনা ফুগাইনা শাৎপবুদি
পোমশাৎনবদুনা হেল্লী নুংওন্নবা
অদুগা করিগী লৈখোক্তা তিংখং পাল্লম্লিবা ?

করম্বা মপোক্তা কনাগী সাপনো
খোয়মু ইন্দনা লাংদ্রুবী ইল্লীবা
লৈরাংও লৈহাও লৈনুংশি নঙোন্দা ?

য়েংজনিংবা শাফবা পাখংনা
পম্বৌ সুমাঙ মতোন্দা লেপ্লরবদা
মাইয়োক্লবা ঙমজদনা চেনসিনখিবী
নিংঙোল কাগী থোংনাওদা
উৎলকপগুম নিঙথিরবী মায়থোংতমক
লৈখোক য়াওদনা শাৎলকপী
অদুনরা নঙবু লৈপাকলৈ কৌনরম্লীবা ?
লৈনা কোন্না ইংনা তপ্না পাল্লকপী ।

২০০৪

## (৪৪)
## হঙোইগী ব্রাকৎ

লৈকুত্তগী থোবক্লগা ইমানা
ঈপালথাদা পোকচবী ঐহাকসে
লৈবাইদা চাওজবীনি কোকচাওবীনি ।

মীওইবা তাইবংমী নখোয়না
মীংথোনবীরে মীংগৌবীরে ঐবু ঙাচক
ঐদি হঙোই মচাসিবো ।

ইকোক য়েংল ইচাও চাও
ইবুক হায়র ইনোয় নোয়
ইমৈ মচাসে ফেরে ফেরে

ঐদি হঙোই মচাসিবো

চাওরক্লগা মহেরোইগীদমক কংথোক্লবা পুন্সিসে

নখোয়না কনা কনানোগা চাংদম্না

হঙোই ঐখোয়বু ইক্লাইবা পিখিবা

হৌজিক্তি লোইরে মতম, য়াররোই।

২০০৪

## (৪৫)
## নোংমদি মান্নরখিনি

শিরগা লোয়রবা পুন্সিসিদা

করিগী থাদোক্লীংদ্রিবা নাপলবু

নাপল হায়বী মহাকপু ?

কনানা কৃষ্ণ নিঙই,

কনানা অল্লাহ শোল্লী,

কনানা খৃষ্টান চৎলী,

কনানা বাই গুরু,

খুদুম শিংনা ইথন্ত লাক্লগা

হনখিনি ইথন্ত খুবাও তিংনা

খেৎনরম্বা পুন্নমক মাংখিনি

মতমদুনা লাক্লবদা অরোইবা

তিনখিনি থবায় মাদি

থাপ্লবা লমদম অমদা

সগগী থবানমিচাক মরক্তা

খেৎনরবসু শক্তম ঐখোয়গী

লৈতেঙলসু মখল মখলগী ফিজোলনা

ঈগী মচুদি লোয়না ঙাংই ।
গন্না থক্কী লৈপাক্লনা,
ফুরা দলাকগী লৈতেঙ ওই,
খুৎসেম হৈবা কনাগী লৈকোন্দা,
শাংলি ফুগাইনা লৈকা ফন্না ।
লৌরিগী পেরুক্তী কনানসু থানবিদে ।
ফজরবা লৈপাকও নঙগীসু,
লাক্কনি লৈমন চনবা মতম ।
কেনগনি শোয়দনা নোংমদি,
খেৎনবা লৈত্রবা মালেমসিদ,
নাপলগী ফিজংতনা খেৎনহল্লীবা,
খেৎনবা লৈত্রবা মালেমসিদা,
নোংমদি মান্নরখিনি নঙ-ঐ-মা ।

## (৪৬)
## হে পৈশা

নঙমুক কিবা নঙমুক ঙকপা,
অমমুক লৈত্রে তাইবংসিদা,
নঙগী মরমদা থাবদা,
খক লোয়বা নাইররোই ।
হে পৈশা নঙনা চান্নহল্লী,
হে পৈশা নঙনা খৎনহল্লী,
হে পৈশা নঙনা ফজহল্লী,
অথিবা ওইদবা কয়াসু ।
হে পৈশা নঙনা ব্রাখংহন্দে,

হে পৈশা নঙনা নুঙশিনহন্দে,
হে পৈশা নঙগীদমক,
হাৎলি মীনা মীবু তমথীনা,
অঙাওব ফাওবা নঙবু পাম্মী ।
অঙাওবসু নঙনা ফহল্লী,
হে পৈশা নঙসে ঙকপনিকো !
ফনা ফবা মাথাসু ওইসনু
নঙনা মরৈত্রবদা
পূম্নমক অরেম্বা ওই ।
হে পৈশা নঙসে কিকো ।
নঙগীদমক চীংদা কায়,
নঙগীদমক পাৎতা কুমই,
নঙগীদমক লাইরিক তমই,
নঙগীদমক অমোৎপফাও শেংই,
অঙাওবফাও নঙবু পাম্মী ।
নঙগীদমক হুরাল্লী হুরানবদু ওই ।
নঙ লৈরদি পূম্নমক শান্তি ওই ।
পোকপসু পৈশা নঙ চংই,
হিংবসু পৈশা নঙ চংই,
নুঙশিনবদসু পৈশা নঙ চংই,
রোকেৎ শাবদসু নঙ চংই,
শিবদসু পৈশা নঙ চংই,
শিরব মতুংদসু নঙ চংই,
হে পৈশা নঙগা লোয়নরদি,
মীনুঙশি চাওই তৌবিমল খংই ।
পুকচেল পিক্কে পিথোকপা ঝাদে

মরুপ য়াৎতে শঙ্গ চাওই
মীনা কি লাইনফাও চাল্লি ।
নঙ য়াওদবা লাইশংদি,
লাইফাও লৈরমদৌ মান্দে,
লাইশং ওইনা উদে।
নঙ য়াওবা লাইশংদুদি,
লাইশং মাল্লী স্বর্গ ওইরমদৌ মাল্লী,
লাইদু তশেংনা লৈরমদৌ মাল্লী,
পুজারিনা চাল্লী ।
নঙ লৈত্রদি খোঙনা চৎলি,
নঙ লৈবদি কাব তোংই ,
নঙ লৈরদি নারসু পাক শিদে ।
নঙ লৈবদগী গান্ধিনা বারিষ্টর তমখি
খা আফ্রিকাদা চৎখি ।
নঙ লৈতবদগী ঐগী ইচা,
লাইরিকফাও তমদে ।
নঙমুক কিবা নঙমুক ঙকপা
অমমুক লৈত্রে তাইবংসিদা ।
তাজমহলদগী হেন্না ফজবা অমা
শানিঙবগী য়াখল ঐগীসু লৈ ।
নঙ লৈরবদি ঙমসু ঙমগনি
হে পৈশা হে পৈশা।
নঙনা ঙমদবসু লৈরমগনিকো ।

## (৪৭)

# করম্মা লাকসিনগদগে

কন্না খল্লুবনি কাউথোক্লগে
হেন্না থোইনা নিঙশিংহল্লী
নিন্দা তৌই কন্না কান্নদবদা ।

নিঙশিংদুনত লৈহন্নীংবা কয়াদি
কাউখ্রে নিঙশিংবা ঝাবমখৈ
অকাউবনা মরোল মরোল ননবমখৈ ।

উৎতি থোংবদ চায় হায়রবসু
নুঙশিবনা হায়রদি পঙনুংদা নুংশি
মমিৎ শেপ্পবসু নুঙশিবজাৎনি ।

শরেং থোংই চুম্মা হায়রবসু
নুঙশিদবনা হায়রদি পাঙশাওদা শাওনিংই
করেম্নরিবোইদা নিংই উৎশিৎতদুনা

মসি হৌনশা ওইরমাল্লে মীওইবগী
করম্বা লিংজেল অমা লাক্লগা
লাকসিনবা ঙমগনি থম্মোয়সে ।

২০০৪

## (৪৮)
# অপাইবা লৈচিলগী মপৈ উরুবদা

করিগুম্বদা ওইরম্লবা নঙনা
অপাইবা লৈচিলগী মপৈ মপৈ
করিগী নিংবা কায়জরুনি ?
লৈরমলোই খক কৈদৌঙেদসু
ঐগী অব্রাৎপা ফংদবা অমা
ওননিং ওননিংবত ওনহলগনি ।
অমুক্না মশক য়াম্না ফজবী,
খুৎহৈবা কনানা য়েকপদ ওন্নরোইবা,
তাইবংসিদ মপা অমা লৈররোইদবা ।
অমুক্না মপুক য়াম্না ফবী
কাংথোরকপা চীনবানগী ব্রাহে অমনা
মীবু সুম্বা ওম্বী মায়াপুবী ।
অমুকসু য়াম্না নুংশি হৈতবী
খোংপাক্না কাওরমদে খুৎতুম্না সুবমদে
হায়বত খাক্লম্বী তৌওম্বী ।
অমুক্না শামুগী খোংথাংদা
লুম্না, লুম্না, নোম-নোম
হায়না হুমনা মপোপ কায়দ চৎখিবী ।
অমুকসু তথক তথকপী শজিগুম
তুমিল লৈহৈতবী মুতিনাওগুম
উশা অমদৈ উফৈ অমদা ।
অমুকসু পল্লেপফম খংদবী,
ওইজবত থিবি ব্রাশক ঙাকখিদবী ।
অপাইবা লৈচিলগী মপৈ উরুবদা ।

২২-২-১৯৮৬

## (৪৯)

# ফংগদৌ মান্দ্রে

হিমালয় চীংজাওদো
য়াম্না ৱাংবা
লুপা মচু মাল্লবা
উন্না পুঙকুপ কুপসিল্লবা
মুনি ঋষিশিংনা
অইংবা খংদনা
অৱাংবা চীংজাওদুগী চীংখোংদ
লাই নিঙই
ঐদি ফংগদৌ মান্দ্রে ।
রেল গাড়িবুদি তোংলুরে
যুম য়ৌরক্লদুনা যুমদ লৈরফাও
ইনোমত নোমই ইশাসে
বুলেট ট্রেন্দুদা ফমদুনা তোংবদি
ফংগদৌ মান্দ্রে ।
এরোপ্লেনসু তোংলুরে
বোইং হায়না খংনবদো
অঙকপনি অঙকপা অমনি
অহাংবা শুন্দ্রংদুদবু জকিং লৈহৌই ।
রোকেত্তি তোংবা
ফংগদৌ মান্দ্রে ।
লমদমসিদা রেলগী লম্বী
রেলগাড়ি য়ৌরক্লনি হায়না তায় ।
পুন্না চাওখৎমিন্নবা
লোল কলচর ফাওদোক্লনবা ।

মীয়াই চল্লবা ঐগী পুন্সিসিদ উবা
ফংগদৌ মান্দ্রে ।
জিরি লম্বীগী ব্বারিসু
ঐনা মীরোল তাদ্রিবঁদা তাখিবনি
ঙসি ফাওবা মথোং হুক্ক্রি ।
করিনোমসু তাল্লী হায়না তায়
ফংবগী নুংঙাইরবা মহাওদুদি উবা,
ফংগদৌ মান্দ্রে।
মীয়াই চল্লবা ঐগী পুন্সিসিদা
ঙসিগী উরিবা খোঙচৎকী
চাং হন্থবা রেসিওসি য়েংলগা উবা
ফংগদৌ মান্দ্রে ।
য়াম্না শেঙই
গঙ্গা তুরেলগী ঈশিংদো
লমদমসিদনা খিৎ হেন্না শেংহনখি
অমাং অশেং কাওথোক্লদুনা
মীচং মীথায় নাইদ্রবা
লমদম অমা ওইবদো
হৌবকলেদি হায়ববু
মীয়াই চল্লবা ঐগী পুন্সিসিদা
উবা ফংগদৌ মান্দ্রে ।
মপুঙ ফারবা শক্তম ।
ডোক্তর, ইঞ্জিনিয়র,
আই এ এস, আই পি এস,
লাইরিক তমখৎলকপা
মতমদুদি সুংকি কিরমদে ।
ঙসিদি মীয়াই চনসিল্লক্লসিদা
ফংগদৌ মান্দ্রে ।

## (৫০)
# য়াম্না কিজ্জে

মনিপুর সনা লৈবাক্কে
লাইনা থাবা লৈবাক্কে
লাইয়াম খুন্দা অহানবা
খাগা ঋাংগা শাংবা লম
নোংপোক নোংচুপ তেনবা লম
সনানা ময়ুং কাবা লম
লুপানা মফেল ওইবা লম
খৈনা য়াংকোক মানবা লম
লোক্তাক্লা মীংশেন ওইবা লম
চীংনা কোয়না পনশাবা
চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা
য়াইফবিনি নঙদি ইমা
শক্লা শোন্না ঋাহৈশিং
নিল্লী ঙসিসু নাকোংসিদা ।
অদুবু ইমা পান্নাও শিংনাও
খুবী খুৎনাওবী লৈবগুম ।
কৌনিংই কনানা কংলৈপাক
সৈথানিংই কনানা স্নালৈপাক
চীঙ্গোয়নিংই কনানা চীংলৈবাক
মীঙ্গৌনিংই কনানা মৈত্রবাক
মীং কোটি কৌজরবসু নঙবু
ইমানি নঙদি ঐখোয়গী
অদুবু ইমা নচানা অকিবা অমদি লৈ

নঙগী মীংশেন ওইবা লোক্তাকপাং
মাঙশিল্লক্লে ঙসিদি লেপ্তুনা
হৈত্রক থাংজিং কম্বোং ।
নঙগী পোরোমপাং
মাঙখ্রনি পাংনি হায়বা খংদনা
নঙগী তাকয়েলপাং
থবায় কয়াগী হিংনফম ওইরম্বা
লোইখিদৌরে পাংনি হায়বা ঙল্লবোই
নঙগী খোয়রেল ওইবা লমফেলপাং
ফনা কন্না কপচদুনসু
মুনখিদৌরে মচেং মচেং
পাং হায়বা মীংদুদা ঙাইহৌরনি
কৌখা কাকথুম ফংলক্রবোই।
উত্রাপাং লৌকোয়পাং য়ারলপাং
পুমলেম খরুঙ কেত্র
পাংনি হায়বা ঙল্লরোই ।
অদুবু ইমা নচানা কল্লকপা অমদি লৈ ।
মীওইশিংদুগী ব্রাখললোল
পাং লৈতবা মফমদুদা
খুংসেমগী নিংথিরবা পাং সেম
ঙাগী পোংথোক ঈশিংগী জিবশিং
য়েন্নদুনা চামিন্নবা পুন্না হিংমিন্নবা
কয়াগী মতিক ফজবা
নাও মচা মচা তাওইন্দুনা
কনাগী থম্মোয় সুমহৎতুনা
শেন্দাল লম্বী পুথোকপা ।

সুবিনবা মশিংনা ৱাংলবা লমদমসিদা
চাবিনবা মশিং ফিজেৎ লৈতেংদি হিদান্নবা
থবক্কী চিলহাও থিনরিবা
ৱাদনা নুংঙাইবা পান্নরি ।
মদুনা ৱাথোক ওইহল্লী ।
থৱায় কয়াগী হিংনফম ওইরম্বা
ফৌনানা জগোয় শারম্বা লৌবুকশিং
পুল্সি চরোং হৌরম্বা মফমশিং
ঙসিদি য়ুম অমদি লাইশংনা
মুনখিদৌরে লান্দাসিল্লক্রে।
ইবম খোঙলম পুন্নমক ফুনখিবনা
ইচাও তোয়না মাইয়োক্লবে ।
পাৎপু পাৎ ওইনা ফজহনবদা
লাই কনানা শাওগদগে ?
লুকোকপদা তুপী উপগুম
লুকোক্লবা চীংশিংদা য়ুম শাবদি
অউবনা পুক্লিং হুথিনি
মৈঙাল পবেং নুমিদাংদা
থৱায় কয়াগী শেন্দানফমসু লাক্কনি ।
হৌদোকপিনবা নঙত মঙাইবে ৱাংলিবা
লাকলো নঙবু কনানো লমজিংবা ।
শাগোল্লবকপা ইতিহাসপু ফুদৎতুনা
মীওই খরনা মমিং তোয়না থোল্লকপা
হৌবকপদ তুমিন্ন য়েংবা
লোইরকপদ লানমৈ মৈগী চীং
ঐদি কিজে য়াম্না কিজে
খল্লু খল্লুরগা অকিবা ফাওই ।

ঙসিগী লেপ্তুনা চেনথরক্কীবা
ঈচেলসিনা খোংজেল কনসিল্লক্লবদি
নোংমদি থোক্লক্কনি শোয়দনা
থোকহন্নীংদবা থৌদোক কয়া কয়া
ঐদি কিজৈ য়ামনা কিজৈ
লমজিংবিনবা অঙাওবা অমা থাৎপগীদমক ।

২০০৪

## (৫১)
## খুরবা গল্লিদুদা

মীরকসিদ লাল্লকসিদা শহরগী
খুববা দুকানগী গল্লিদুদা
মোং হাদনা ইংনা তপ্পা
চংখি তনাল তনাল
বাশি লৈবী ঙাক্তা ।

থোবকখি  নাতোন নাকচিদা
হুমাংগী মবিক মরিক্কা লোয়নননা
খোংথাং অমা অনি চৎখি ।
মোং হাদনা ইংনা তপ্পা
তুং হন্না য়েংলকই অদুগা ।

মীরক্তা মাংখি শহরগী
হংহৌখিবনি থাহং চাম্মা চাম্মা
খুরবা দুকানগী গল্লিদুদবু
করিবু লৈরিবা য়োল্লীবা
তাংলিদরা হোংলিদরা মমলবু ।

২০০২

## (৫২)
# কৎচরি তর্পন নখোয়দা

থা 'ব্রাবা থব্রান থানা লোইহ্ন্রবদা
লাক্লে লাংবন থাসু নিংঙাইদনা ।
ঙরাংদ হৌখিবোই নীংলুবনি
কুমওন তংখায় লানশিনখ্রে ।
অপীকপা পৃথিবী অমগুম
কয়াদা নিংথি ফজরিবা লমদম্নো
য়েংখিবা খুদিংদা পুক্লিং হূববা
চীং পাৎ তুরেল অমদি তম্পাক ।
লোইনাইদ্রবা অমুবা চীংশাং পবেং
মহৌশাগী নিংথিববা খুদোলশিং
খৃতু কয়ানা কায়দা য়াওল্লিবী ।
খেন্নবা লাইনিং লাইশোন ধর্ম্ম
মান্নদবা ফিজেৎ চাকচা য়ুথক
লোন ব্রাঙাং খোনফম চৎন লোনচৎ
পুম্নমক ওইদুনসু খেন্নদুনসু
হিংমিন্নবগী লীপুন্না চেৎনা পুল্লিবনি ।
চহীচা কয়াদগী খুন্দামিন্নবকপা
অপীকপা পৃথিবী অমগুম
কয়াদা নিঙথি ফজরবা লমদম্নো ।
ঐখোয়না খংঙম উঙমদ্রবা
মপুগী পুন্সি চৈথেক শুরদুনা
নুংশিবী লমদম নঙবু থাদোক্লম
থব্রায়শিংগী মরক তিন লাইওইহ্ন্রবা

তমথীরবা খুদোংথীবনা লাকপীগ্রবা
নিংথৌজম জুগিন্দ্রো ইঞ্জিনিয়র
হিংচা য়াইতম্বা আইন্না পুবীগ্রবা
খুন্দ্রাকপম তেজকুমার উরিপোক
থাংজম চনু হেম্বোইবী
কোঞ্জেংবম চনু মেমিতা
পেবম পিবা অথৌবা চিত্তরঞ্জন
নরিংজেল নথৌনানা মাঙওইনবা
অথৌবা অথৌবী নখোয়গী নফমদা
ঙমখৈগীদমক থৱায়না পোম্থা পীগ্রবশিং
কৎগ্রবসু মীওইচা কয়া কয়ানা
লৈবাং খুজোক খুজোক নফমদা
কৎচনিংদুনা ঐসু নখোয়দ
লমদমসিদা ইপা ইপুগী
লাংবন থাসিনা লাক্লবদা
হৈপাল লৈপাল শুদ্রবসু
মীৎকুপ 'মত্তং ওইরবসু তুমিন্না লেপ্তুনা'
কৎচরি তর্পন লাংবন থাসিদা ।
লিটল পেরদাইজ
লেন্দ ওফ জুৱেল
নুংশিরবী লমদম অপীকপা পৃথিবী
পীকচরবসু কল্লক্লরিবী মালেম পুম্বনা
নঙবু থানিংদা থানিংদ চৎগ্রবা
হৈরাঙোইথোং লান্দুনা বৈতরনিগুম
রিমসতা পুশিবা নংদ্রবা থৱায়শিং
চঙাঙ্গে অমদি থৌদোক কয়াদা

মাঙহনবীগ্রবা থব্বায় মফম খণ্ডদ
হাৎতোকপীগ্রবশিং হিংথৎ থৎতুনা
কৎচরি তর্পন নখোয়গী নফমদা ।
শোইনাইহনবীখ্রে মীওই কয়াগী পুন্সি
মরাল কয়া পীশিন্দুনা খাংগুথক্কী
খোঙ্গোয়নবীখ্রে ইজ্জৎ কয়া খোঙ্গাওননা
নৈখায়বীখ্রে লৈনা কয়া উফুল্লক্তা
মশিং থিঙমদ্রবা থৌদোক কয়াদা
নিঙশিংবনা মব্বাৎলগদবা মশিংনি ।
কৎচরি তর্পন চহীসিনা পুবীখ্রবা
তুমলুরবা লাইনিং ইপানাৎ ইপুনাৎ
মীকপ খোঙলৈ য়াংখৎহল্লম্বা
ঈয়েক অমদি লোনগীদমক ব্বাজরম্বা
মিংখৈ পঞ্জররোই ইথক থোংবশিং
সাহিত্যদা খুৎথেক থারম্বা
পুঙ ঈশৈদা শক্লাইরবা খুৎহৈবা
মেনখৎপদা অব্বাবৈ মশক ওইরগদবা
লাইওইখ্রবা থব্বায় পুন্নমক্কী নফমদা
কৎচরি তর্পন লাংবন থাসিনা
লাক্লবদা লৎনবা লৈতনা
লৌশিনবীয়ুকো নখোয়না ।

২০০৪

# (৫৩)

## দ্বিপানিতা নুমিৎ

(ইম্ফাল সহরদা)

নঙগী নুঙগী ওইবা অর্থ
কবিনো খংদে খংজদে
হপ্পা অমমুক ব্রাংলিঙে
বং পং তৈদুনা কেদি কেরে ।
নুমিৎনি ঙসিদি নঙগী
অয়ুক্তগী লফু পাম্মী
সনাবৈ পরেং পরেং
যুংশিল্লী যাশিল্লী লৈতেংই ।
অখোংবী উপু অচৌবা
ধুক ধুক কন্না থিনবী
খিনজিল্লী খোংজিননৈ ।
য়াচংলকপা মৈগী কুম্মৈদা
বোম তোপ কাপকনি
ফোক ফাক লাওবা খোঞ্জেল্লক্তা
পৈশা লুপা মাংহনগনি ।
অহিংদগী ইকজদনা হৌরকপা
হুমাংগা তোৎলবা অথুম অহাও
লৈগনি কংকনি চাগনি ।
কিগনবী শঙ্কু শঙ্কু
ঙমজমখে কেথবগা থোরক্কনি সড়ক্তা
বোম থারক্কনি খংনা খংনা
কিসন্নদুনা চোয়রোন লোন্নদুনা চোংজবদু

নুংঙাইজবিনি অউবা খরগীদি ।
ঙাওজবা পাম্বা ষন লমচাশিং
নিশা মহাও তংলুরিমাল্লে
মোন্দ্রং শান্নরি মীরক্তা ।
অফাও অরিং শাবসু য়াওরকই
মীয়াম তিনবা মরক্তা
লফুদা কেরেট তৌই লাও খোংদুনা ।
পাউ ফংলমাল্লে শেন্নরিবশিংনা
অফাও শাবশিংদুনা চৎখ্রবদা
মপাদা চৎচরম্বা মোন্দ্রংশিং
শগোলনা লৌ চারগা
চেন্দবা ইরোইনা চৈ চাহৌবনি ।
য়েংবা ঙমখিদে য়েংহৈদে
মখুৎ হন্দবশিংদুদা তৌবা এক্সনদো
পাওনা বজারগী সড়ক্তা
লোংদা তাদুনা লৈহৌই ।
হিংলিদ্রা শিরিদ্রা
দ্বিপানিতা নুমিৎকী খুদোলদুবু ?
নিঙথিনা শেংদোক চামথোক্লগা
লৈজবা ফিশেং শেৎ চারগা
ইংনা চিক্লা খুরুমজবা নিঙজবা ঈশ্বরবু
ওইরমগনি খল্লী,
অচুবা মওং ধুপ থাউমৈ লোয়নবদো ।

২০০৩

# (৫৪)
# নিংঙোল চাক্কৌবনা লাকপদ

অয়ুক্কী ঙাক্লান্নবা কোরৌ মঙালদ
তিংথৌ মতোন্দা পকপা লিক্লাগুম
তগুপ তরেংনা ঙাল্লম্বী ।
কালেনগী নুংশা মরক্তা
লৈবাকলৈগুম অখাং কনখিবী ।
নৌনা নিংথমগী উনখা নংগ্লবী
তারমদাই কোরৌগী মেংলবা মঙালদ
চুবাগী শাইনোল মরুমদা
তুমতক তৌবা নাতোন নাকচিদা
চিনবান ময়াগী সমত্রু চামথোক্কে
চেম্বুরকখিবা হুমাংগী ইফুৎশিং
কোকসেৎ ফিবুম ফিগন্নদুনা
চামথোকপা য়ারোই সমত্রু মতাগুম
নৈসিন্দুনা তৈথোকখিবা হুমাং
লায়র শঙ্গায় মেংল থাবলগী মঙাল
তুংওইনরন্নবী ।
হাদা পুকচেল তপ্পী ইচলও
নিঙশিংলক্নে ঙসিদি নহাকপু
নিঙঙোল চাক্কৌবনা লাকপদ
ইনাক খুনবশিংগী হিদান্নবদা
নঙনা নপুক্লীং ব্রাজখিবা
শেংপা চাবদ ননিং থুংখিত্রবী
নিঙশিংলক্লেনে ঙসিদি নহাকপু

নিংঙোল চাক্লৌবনা লাকপদ
লাইরবা পলেম পম্বৌগী
ওইরুবনা মচাশিং
ব্বারৌরোই খল্লী নবুংনা
নিঙথিবা খুদোল তমঙমদ্রবসু
পেনবিগনি নঙনা সোয়দনা
পুকচেল চাওবীনি ইচলদি
পুকচেল চাওবী নিংঙোলনী ।

২০০৩

## (৫৫)
## চৈনা

নোং চুবা লোয়খ্রবদা,
লম্বী সড়ক্তা কারকপা উফুল,
মদুসু গাড়িনা চৎখ্রবা মতুংদা হেনবা
কনানা খোমজিল্লুবা ঙমগনি ?
মদুবু অমুক তেম্পাক লৈতুম সেম্বা,
কনানা ঙমগনি ?
উফুলদি পাইখিনি,
কনাগী মিৎ নাতোন্দা চংদুনা ,
পিরমগনি চৈনা ।
তপ্না, তপ্না, কাওখিনি,
কাওখিনি চৈনা ।
অমুক নিঙশিংলক্কনি,
অয়ো নারবা কান্দাদা ।
চৈনা !

১৭-৯-২০০৪

# (৫৬)

# ইন্টরভিয়ু

## (মণিপুরদা)

ইন্টরভিয়ু নঙনা তৌরিসি করিনো
লৈজদদুনা শেংলক্লবা অফবা ফীজোল
বাইরগসু শেংনিংদ্রবা মীঙোন্দগী
ফিজোন্দা য়েংই নখোয়না।
হংই কৌসিল্লকউ হায়খিবদ ঙাইহিরিবা মীংদুবু
হংই কবেম্নবা অমা য়াওনা,
হংই খল্লবোই মতিক,
হংই কান্নদ্রবা বাহং মতম মাংহন্দুনা,
হংই উসিংতবা অমা য়াওনা,
য়েনবীগা য়েরুমগা কনানা হাল্লী ?
মসিদি হংজবিবা মশামক খংলম্লোই
কম্পুটব ফাওবা বেরা তৌই হায়নৈ।
ইন্টবভিয়ু নঙনা তৌরিসি করিনো ?
থম্মোয় শেংনা কংথোক্লগে লাকচরবা
নঙনা চবম মেংলি হিংথং থংলি
অশেংবসু খঙখিদে, খঙনবসু হোংনবীদে
বাম্বুরিবমুক সোল্লবা অঙম্বগী অঙম্বদুদি
নঙনা নখুং থেকচিল্লী ফল্লাংদা থেংতোকই
ইন্টরভিয়ু নখোয়না তৌরিসি করিনো ?
তশেংনা ঙকই ইন্টরভিয়ু নখোয়সি।

## (৫৭)
## হয়েং

হয়েং নঙ লাক্লনুকো
লাংতক্লরে থম্মোয়সে খোয়রাংবনা
ঙরাংদগী কন্না চেল্লকপনি
য়াংকোক্কী ফিবাল অকোয়বদুদা
ঙসি অয়ুক য়াহৌরকপা মতমদদি
হৌফমদুদা অদুম্মক থুংলৈ ।
লাংতক্লরে থম্মোয়সে খোয়রাংবনা
অমুক্কা চেনগে কন্না খল্লী
অকিবা অমসু কন্না ফাওরে।
খপ্লরনি য়াংকোকসিদা চেঙকোক চেঙকোক
মেৎখায়দুনা পায়ররনি ঐগী লম্বীসিদা
থিংজিনখ্রগনি ঐগী লম্বী মখুৎ অনিদুনা ।
হয়েং নঙ লাক্লনু ,
ঙসিগীসিনা লোয়রোকো ।
নহাল ষনজাবুঙ ওইরম্বা,
ঙরাং মীতিনবুঙ ওম্লোক্লে,
ঙসি মীহাৎপুঙ ওইররে ।
হয়েং নঙ লাক্লনু ,
অনৌবা মমীং অমা থোনজন্দুনা,
হয়েংদি ফুমফম লৈগদৌ মান্দে,
হয়েংদি পোৎলোইফম লৈগদৌ মান্দে,
অদুনা নঙ লাক্লনুকো,
অনৌবা মীং পুরক্লনু কোক ঙাওই ।

২০০৪

(৫৮)

## করিনো ঐনা তৌগদবা

থংনবা অচৌবা ইংখোলশিংদা
থাই মনা মশিংসু য়াম্না
থাওসু থোকই, মোম্বতিসু সুংই,
টাটাসু শাই, রোকেট ফাওবা শাই
মখোয়দি মোম্বতি য়োনবদা
পৈশা য়াম্না তাল্লী ।
ঐগী ইংখোল মচাশিদা
খুবাকমুক পাকপা ইংখোলসিদা
থাওসু থোক্কে, যেতুমফাওবা শাদ্রি
ধুপ্পী শারে কোভব যাওদ্রিবা ।
ধুপকা লম্বা ওইনবা
মচাক লৈরুবগা মোম্বতি
মচা মচা শাজবনি
হিংনবা মনা মশিং খবখক থাজবনি ।
ষননা অমুক চায়
কোয়তাল তাল্লী,
ইবোইনা অমুক চায়
কোয়হোই হোইদোকই,
অব্বাশিংনা অমুক হুরাল্লী
কোয়শঙ শঙই,
শগোল অঙৌবনা অমুক চারে
কোইতাল তাল্লী ।
শওম্না অমুক চারি ।

উপায় লৈত্রে ঐ চোকথরে ।
শায়েন ঙায়েন্দা লোইগদৌবে
শম্বল খারে ঙাকথোক্লবা
শম্বলনা অমুক চায়
করিনো ঐনা তৌগদবা
পীক্লবা ঐগী ইংখোলসিদা
খুবাকমুক পাকপা ইংখোলসিদা
কাংখুল হুম্ফুখক মশিং থিদুনা থাজবা
নোং চুমনখিবনা অয়াম্বা পৎলে
আশা তৌজবা পাম্বী অনি
উ মোরোক্কী কাংখুল অনি
মপানদি শাই মহৈদি যান্দে ।
হুমাং তানা থারুদনা হৌজবা
পাংখোক্লাদুদি ফৈ লেক লেক লাওই
তিলসু তাদমাল্লে মখোয়দি ।
নোং লেপ্তুনা চুপ্রবা মতুং
শাদোরকপা নুংশাদা ৱাম্বববা খুইথববা
হঙ্গাম পাম্বী অশাগী পাম্বী
অমুক লান্দাসিল্লী চিক্কনবা তিলশিংনা
ঐ ৱারে খাংফম খংদ্রে
ইংখোল কোয়বা তোক্লগে
নখোয়গী নরক্তা য়াওবগে
মীনুংশি খংদবা তম্লগে
নমফু হাফু শাসনগী
ব্যবহার য়াওদবা ৱাহৈদো
হৈনবী ওইরগে ঐগীসু

লৈবগে কদায়দা নখোয়বু
হায়রক্লদি কমদৌনি ?
ইংখোল মচা কোয়জবশিংনা
করিনো ঐনা তৌগদবা ?

২০০৪

## (৫৯)
## নুপী

নুপী নওসে কবম্বা পোৎশকনো
কবম্বা ধাতুনা শাবনো ?
শেন্ননবা খাবৈ চেগপ চাকথোং চফু
ৱাইবম শিংতোক শেংদোক্লবা
ঈশ্বব মানা থাবকপবা ?
লৈজদবশিংগী উপু কাংথোন সনা লুপা
ঈশ্বব মানা সেম্বীবকপবা ?
নুপী নওসে করম্বা পোৎশকনো
কবম্বা ধাতুনা শাবনো ?
থোৎপদ নৌবদা লৈনাগুম্বী,
পী নৌবদসু মহায়নবী,
কিগনবী ৱাজগনবী ৱারৌগনবী ।
খাংবা কনবদা লৈপাকলৈগুম্বী,
নুঙদা ঈশিং চায়গুম্বী ।
শাথিবদা ভৈরবী হায়নবী
লৈথক লৈখা ওনওম্বী
শাথিবদা কৈ অমোম

কালি ইমা কালিমাই
ঈখেং থকপদা হালেংদবী
লানগী মবেম্মা দুর্গা
মহৈগী লাইরেম্বী শর্ম্বাতি
থেক্কানু থেকোম্নু
মপাননা পাল্লে পাম্থোইবী
শিন্দা লৈরে শিনলৈমা
লন্দা লৈরে লনলৈমা
পোক্লফম নঙবু অথোইবী
ভারত লৈপাক নুংশিবী
ইপা লৈপাক কৌনদে
ইমা লৈপাক মহায়নৈ
মনিপুরসু ইমা লৈপাক্নী।
মিংস্না নঙগী তথকপী
থম্বাল লৈনা পাখক্লবী
পিসুম নঙগী খোয়খোয়বী
লিরুং তেনবু মাল্লীবী।
শল্লাং নঙগী নিংথীবী
নিংদু য়ৈবী শল্লাং
মালং শাহুম ফংবদা
মাইথোং লকা খুম্বদি
অউবৈ পুক্লিং হুনঙাই মশক্লী।
অকনবা মালংগী শাহুম ফংলদি
অকিবৈ মশক ওইরিবী।
অপাম নুংশি নুংঙন্দা
লময়ৌবী নিংথ্রবদি শাথিশ্রবী,
মচা মনাই থিদবী,
মচা লৈনা য়ানাইঙম্বী,

নুপী নঙবু করম্বা পোৎশকনো
কবম্বা ধাতুনা শাবনো ?
নঙনা মরম ওইদুনা
মহাভারত থোকহনখিবী ।
নঙনা মরম ওইদুনা
রমায়ন শেমখিবী
লঙ্কা তুমখিবী ।
নঙগীদমক শাবদা
কয়াদি ফজবিবা তাজমহল ।
নঙগীদমক্কী চাইনখিবা
খম্বা নোংবান অনিনা ।
কোনু নসুংলাং
হাওবা লাল্লোয লান ওইনখিবা ।
পিদোননু শাফবী ইঙাল্লে ।
নঙগী লাননি নুপী লান
মুৎলগদবা পৃথিসে
নঙনা কল্পী নঙনা সেম্পী
নঙনা পীরি চাবোল সুরোল
পাথাং পুথাং ঈচেল নাইনা ।
নঙ লৈরমদ্রবা ঐসু লৈরমলোই ।
নুপী নঙসে করম্বা পোৎশকনো
কবম্বা ধাতুনা শাবনো ?
ফজৈ হায়রগা চিত্রবোৎ
মোইরাংথোইবী মোনা লিশা
থিবদা হায়রে সুগরনাখ্য
কেজরিমখৈ পকতবী তোরো ।

২০০৪

## (৬০)

# খৌপুম

### (নুঙগায়রগী থোং)

কাউদনবা ইশিল্লগে
অদুগা ঙংলগে থৱায় তানা
রোংমৈ ইতাওনা তম্বীরকপা
নুংশিরবা ঈশৈসে কবুইগী ।

"অপেপ তাই ফুনা আই পেংঙে
পৌবয়া মৈ নং বামা আই পেংমা
নং খৌ রোই দুন আই তৎদৎলখে"

ঐগী পাপতো খংলগা ঐ কিরে ।
প্রভু নঙ লৈদুনা ঐ কিদে ।
নঙোন্দগী ঐ লাপ্না চৎলরোই ।

ইম্ফালদগী মোইরাংলাইজি পাংলগা
কিলোমিটর কুনগা তরেৎ ফাবদা
কিয়াম্বা মহারাজনা পানবা
তরামঙাশুবা শতাব্দি

বিষ্ণু নঙগী লাইশংনা ঙাহ্নোইরিবা
মনিপুরদা খ্বাইদগী লিরবা লাইশং
লম্মাংদোং বিষ্ণুপুর বিসেনপুর ।

নঙগী য়েংওইননা হায়গৎখিবা
কুমজা ১৭৯৮
ৱাকচীংগী তরানি পানবা য়ুমশকৈশা
লাবন্যচন্দ্রনা মনিপুরগী নিংথৌ ওইবা
মমাংনি মসিগী
মপাবুং ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রনা
তেখাও য়ৌনা চৎখিবা ।

তোংজৈ মরিল, ওলড কছার ড়োদ
য়াঙ্গোয় নিংথৌ খুভম লাম্বোক
তোংজৈ নঙগী নয়াংথক
লাইমতোন চীংবু কাখৎলকপা

লোক্তাক ঈপাক উবগা
পুক্লিংদা ঈথক হৌহনবা
য়েংবগী পেনবা নাইখিদবা ।

জৌজাংতেক দোলাং চীরু খুল,
থাঙ্গাল লোংজাং মকাইখম,
থাংজিং চীংগোন্দগী হৌরকপী,
লৈমতাক তুবেল ইক্কাইথিবী ।

খোংবুং নুংশাই তাইরেনপোকপী
লুৱাং মানা লোৎখিবা
লুৱাংলোৎ খুলেন খুম্নৌ ।
চিৎথবা পুম্নমক তুংওইনরম্লগা
কেকু ফোংলবদা লৈবু শাংনা তিংথোক্লগা

মোমোন নোকথোরকপগুম
নিংঙাইদনা লৈরম্লীবী
হে খৌপুম তম্পাক
ফজৈদকো নওসে নিংথিদকো ।

লাইদুইজাং দুইরেং
লাই ঈশিং থকফম তুরেল ।
লেংখোই দুইরেং
খোয়ড্রিং খোয়দ্রাং চেনবা তুরেল ।
মানসেন দুইরেং
লাইফমদগী হৌরপা উরু উরাগী তুরেল
নখোয় অহুম্না পুম্নগা খুদোল্লীবা
খৌপুম দাম নিংথিরবী
য়েংনিংবগী ইনোৎত হাপ্লীবিও ।

তৌরিনপুং নুংগদাং থানাগোঙ
গাইদিমজাং সতুদাই তৌদাইজাং
চীংকাও খুঞ্জা তরাহুমদোইনা
য়োৎশবী মখোং ফিরেপ্তা
পুম্নগা সেম্লীবী নিংথিরবী
হে খৌপুম তম্পাক
য়েংবদা মিৎফম হোংঙমদবী
পুবারীগা শাগোন্নরকপী তম্পাকও ।

চীনচৎপা তরানিথোই,
খুম্লাকপা অমনা
চহি অহুম খুদিং
থৌদাং থৌগায় পুরিবী
চৎন লোনচৎ ৱাংবী লুমনুংশি ।

বাবটিষ্ট কাউন্সিল
রোমান কেথোলিক
সেভেন দেয়জ এডভেনচর
ইন্দিপেন্দেন্স মিসননা
লাকসিনবা ঙমদ্রবা
ইশানাৎ ইশুনাৎকী
লাইনিংনা ঙাম্মোইরিবী লমদমও ।

কামৈ, গাংমৈ, গোলমৈ
মরিংমৈ, মরাংমৈ, লোংমৈ
থাংমৈ ফাওমৈগী মরক্তা
থানাগোঙ খুন্দা মৈতৈনা থান্নীবী
হে নিংথিরবী খৌপুম তম্পাক
দাম নঙনা রাশি হাপ্পীবী ।

খৌপুম দাম নঙগী শম্মোংদা
ঈকংথা ঈশালথা খায়দনা
শীকপগীসু নুংশিনা
চাওবগীসু মফজ
লেপ্তুনা শান্নজরিবী
হে ঈশিং চাইবী
অউবগী পুক্লিং সুমহৎশী
সতুসাই কৌবী নঙবুনে
কনাবুনো নঙনা ঙাইরিবা ?
মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা
খেঙলবা অহিংগী মমৈদা
তারকপা নোংমদোন লিক্লা ,

শংবান্নবা লোয়নাইদ্রবা অতিয়াদা
মশিং থিওমদনা থোরকপা
থবানশিংবু ঙাইহ্রিবরা ?
নঙগী সুমহৎলবা খোঞ্জেলনা
চীংনুংগী উপালশিংবু শুমলিবরা
নৎত্রগা
কৌনু লৈমা চীংদগী হৌরক্লগা
ইয়েনা ইরিংগা তিনখিবা ।
লাইমতোন চীংদগী হৌরক্লগা
তুপুলনা ইয়েদা তিনখিবা ।

ইরিং ইয়েনা নোনেদা পুল্লবা ।
থাংজিং চীংদগী হৌরক্লগা
লৈমতাক্লা লোংখুনদা
ইয়েগা পুল্লমক পুল্লবা
অমুক লাক্লগা ইরংদা
কায়নথংদা খাই বরাক্তা তিনখিবদো
নঙনা লেপ্তুনা য়েংলিবরা ?
হে খৌপুমগী ঈশিং চাইবী
সতুদাই কৌবী শকহেল্লবী ।

নিঙশিংলি ঙসিসু কাউদনা
খৌপুম নঙগী নশাইগোল
খুত্তা শেনয়াম পায়রবসু
তরেৎ শেনজানা লৈবা ফংঙমখিদবা
পুন্সি চেঙজেল ।

খুল্লাকপগী শেনবুং মখোলদা
চেঙ মুঠ অমা, মাইরেন মশুং অমা
চেঙ মুঠ অমা, লফু থরো অমা
চেঙ মুঠ অমা, হঙ্গাম পাম্বী অমা
চেঙ মুঠ অমা, য়েন্দেম মকা অমা
চেঙ মুঠ অমা, পান্দুম অমা
চেঙ মুঠ অমা, য়োংচাক অমা
লেপ্তুনা পুরকখিবা মথেলশিং
চীংমুক খাংনা পৈখিবা ।

চমফুং তৌশি তৌঙমদা
ইরোনশি কদায় লোনঙমদা
কাংশোয় তৌশি তৌঙমদা
চঙক্লখিবা খাখল লিশাংদো
খাখল লংলানা লোয়স্রবদা
লংজিল খংদনা পুনস্রবদা
পুল্লপ থোংজিনখিবা মথেল
চিনদম্বদা অকিবা ফাওখিবা
খঙলবা মৈতে অহলদুনা তাকপিখিবা
ওন্দ্রবদি মচুনা মোরোক মরুগী
চারো য়ারে শিররোই কৈদৌনুং
নিঙশিংলি ঙসিসু কাউদনা
থৌপুম নঙগী নশাইগোল ।

২৭-২-১৯৮১

(৬১)

# ইথ্রবা তুংদা

ইবা লোয়রবা মতুংদা কিরকই
হায়দোকখ্রবা মতুংদা খল্লকই
কনা কনানোনা হায়নবা তাই
কনা কনানোগী পাশিল্লু খরা
অদুবু তায়ওন্নে ব্রাখলসিদি
ইথোকখ্রবা মতুংদা কিরকই
অদুবু খল্লি করিগীবু কিরুগনো
থাদুনা ইনিংই ফজবদুগী মরমদা
মীনা ইদ্রিবা মওংদা
অদুবু তায়ওন্নে খুৎসিগা ব্রাখলসিগা
চৈদুনা ইথোকখ্রে পেদ্রিক থোক্লা
হায়নিঙবসু হায়দোকখ্রে শবাক ফাক্লুনা
পেন্দবদু ঙাক্তা পরেং পরেং
ইবা লোয়রবা মতুংদা কিরকই
হায়দোকখ্রবা মতুংদা খল্লকই।
করম্না চুমথোকলসিগে হায়খ্রবদুবু
করম্না শেমদোকলসিগে ইথ্রবদুবু
মসিনা ওৎলরে লৈতাফম খংদনা
অদুবু, ফরেদা য়েংলগে খল্লে।
কনানবু অসুম নিঙশিংদুনা লৈগদগে
কাউগনবা মীওইপোকনি কাউজখিনি
খরা লৈরগা লোয়না কাউনরিসিবো।

২০০৪

# (৬২)
# থৌদোক্লুনা থোকপ্লবদা

পুক্লিং অসে, ইরাং লাংই
করম্না হিংখিসিগে খল্লুবদা
থম্মোয় অসে কাইখিদৌরে।
থৌদোক্লুনা থোকপ্লবা মতুং
মীকুপ অমা নোক্কে খল্লুবা
নোকচবা ওমখিদে লৈতোনা
পুক্লিং অসে ইরাং লাংই
করম্না হিংখিসিগে খল্লুবদা
তাইবংগী মীনোক মৈশালক্তা।
অদুবু হিংবা তাই পুন্সিসিনা লোয়দ্রি ফাওবা
কায়রবা থম্মোয়গী মচেৎশিংসে
কনা খংহন্দা খোমজিল তাশিল্লগা
উপায়না মরোইপ্লবদি তৌফম্না মখংলক্লবদি
পুন্সি চুপ্পা কপচদুনা লেনবা তাই।

৩১-৩-১৯৯৭

# (৬৩)
# ইমানা কৌরে

ইমাগী পারি ইমোমশিং
ইমাদি খ্বাং য়ৌরেদকো!
নপারি ঐখোয় লৈজরিদো।
ইমাগী খোমদোন মৈরৌবী
ইমাদি ওকশম য়ৌরেদো!

নমোম ঐখোয় লৈজরি ।
ইমাগী খোন্মে খোমদোন
নমাদি পুমলোই লোইদৌরে !
ইচিন ইনাও, ইচে ইচলশিং,
খ্বাই খিবিক পুন্নমক
খ্বাংদা খ্বাংচেৎ লাকপিরো
পলেমসে লুপখিদৌরে ।
ইচাশা থেংমল্লেনে
খোংগ্রাই শংলিঙে
ষনমোক্লা ব্রাইবা
লৈবনিকো ব্রারীসু ।

২৪-৯-২০০২

## (৬৪)
## থাগৎচরি ইডিটর

লৈরাংগী লৈকা লৈকা খুদিং-দৈ,
তনিক তনিক্লবা লৈহিশিং,
পোৎথাবা হৈজদ্রবা পাউমিশংনা,
অমমমতা খোমজিন্দুনা পুজরক,
খোইরাসেম, খোইহিনা থলহনখিবা,
মালেমদা অঙকপবু য়েল্লিবা
থাগৎচরি খোই-রাজা নঙবু
চাওথোকচৈ নঙগী শাগেগীদমক ।
ব্রারি অমবু শংশং নিংশিংলকই,
হৌমিন কামিন্নরকপা শিন্দম্মিনরকপা,

পুন্সিগী লম্বীনা লমকাংনম্রবদা,
অমনা পাউ-চেদা ঙাওজবা,
অমনা ফিলম পুথোকপদা,
নোং অমা ফুণ্ড ঙাম্বদগী,
নুমিৎ অমা তাবা ফাওবা,
মায়কৈ মায়য়োন য়াংখৎপা নেমথবা,
নুমিৎ কয়া, থা কয়া হৌখ্রে,
ফিলমদু ফিলম ওইনবা হোৎনবদা,
কুরাক অমগী পুন্সি য়ারী ।
লৈজবা পুম্বা লোইরক্লে,
মমল য়াম্বা ফিরোল, সনা লুপা,
লৌরি য়ুম্ফম লৈরম্বা পুম্বা,
য়ুমগী তালোয় ফাও কায়নবে ।
উচিন নাচিন্না রিলিজ তৌরে ।
নুমিৎ নিনিফাও ফুল ওইদরে ।
মথা শারে ফিলমদা ঙাওজবা ।
কদাযদগী শিংগনী পুশিল্লুবা শেন্দোল,
উংদুনা চৎপা লম্বী অমদা,
থেংনজে থায়নগী মরুপ,
ইডিটব ওইবিবা পাউ-চেগী,
য়াবী পুম্বা চংখোলনা লিজৈ ।
কুইনা উনরুদ্রবা মরুপুদা,
ফিলমদা ঙাওজবা অঙাওবদুনা ।
থবায় তানা তারবা মতুংদা,
হায়রকই ফিলমদো য়েংনিংঙি,
ইডিটর ওইরিবদুনা পাউ-চেগী ।

ফিলমদু য়েংলবা মতুং,
পাউ-চেগী চেনাদা ফিলম উৎলকই,
কুরাক্কী পুন্সি ৱারী ফিলম ।
মচু শংল-শংলদুনা কুরাক্কী ।
মরুপ ইডিটরদুনা পাউ-চেগী ।
দিমান্দ লাক্লে হোল খুদিং,
ফুল ওইরে সো খুদিং,
হাপ্তা, থা, সিলভর জুবিলি, গোল্ডল জুবিলি,
হোৎনজরুবগী মহে চারক্লে,
থাগৎ ৱাহে লেপ্তুনা লাক্লে,
খায়নরুবী তালোয় হল্লক্লে ।
মোংফমদগী হৌদোকপা ওন্বা,
লাইনি নওদি খোয় রাজা ,
থাগৎচরি ইডিটর, থাগৎচরি
নওগী কলম থাংদগী থৌই হায়নৈ
ওসিদি খওলে, থাগৎচরি নওবু ।

জুলাই, ২০০৪




—— পাবিরিবা পুন্নমকপু থাগৎচরি ——

